# ব্বারি অহুম্না তম্ফাস্না



শ্রীলাইরেণমযুম ইবুঙ্গোহল সিংহ, বি, এ; বি এল

সাহিত্য ভূষণ,

মণিপুর সাহিত্য পরিষদকি অহানবা প্রেসিডেণ্ট

নরসিংহ বভ্রুবাহন পোকপনচিংবা

লাইরিক লেংবনা

ইবা।

ফংঙ্গম—

ষ্টুডেণ্টস ষ্টোর

পাওনা বাজার রোড

ইম্ফাল



[ মমল ১·২৫ ভনি

অকোংবা

রাঃ কুঃ শ্রীশামু সিংহ

য়াংথৈ।




অহানবা কোংবা—১৯৩৪ ইং

কপী—১১০০

নম্কম

দি ক্রেণ্ডেল ইউনিয়ন প্রেস

ইম্ফাল।

# কচ্চবা

ডাক্তর তম্মু হায়বা য়াদে হাঙ্গৈতুনা ষ্টৈটনা বৃত্তি পিদ্রবদা, মতেক থাদরগা পাই হঙ্গৎতুনা পোৎ লৈনবা, শেল তাংখরবা মতমদা শেংগা ওদগী শেল পুথোক্তুনা মিরৈবাক্তা লাইরিক তমহল্লক্লবা, ইমাগী লিংজেল পিবিদুনা ঐবু মিরক তিলহল্লক্লবা অমসুং কৃষ্ণগী নাম শোলহল্লক্লবা ইমা 'ইবেম্মগী স্না খুত্তা লাইরিক মচা অসি হাপচরি। লৌবিয়ু ইমা।

নচা

# ৱাহৌদোক

ৱারি অহুম্না তম্ফাস্না ফোংজরে। লাইরিক মসি খুঃ ১৯৫১ দা ঐনা ঐগী ম্নুপা ল'যেংবগী শিলোংদা লয়রিঙৈদা ইবনি। Plot তি গৌহাটিদা লো তম্মিঙৈদা তউবনি। ফগনি অমস্তুং হয় হাঙ্গইদুনা ইবা নত্তে। ইদবা য়াদদুনা ইবনি। মফম অম অনিদা চিংনদুনা চহি ১০ মুকসি ফোংদে। প্রোফেসার অশাংবম মিনাকেটন সিংহনা পা-বিবগা য়াম্না ফগনি ফোংঙে হাঙ্গইদুনা উৎসাহ পিবিদুনা ফোংজরে। লাইরিক অসি খুৎহৈদা লয়রিঙৈদা শ্রীফুরাইলাৎপম বিহারী শর্ম্মানা পাবিরগা লাইফাওগুম্না ৱারি অহুম্না তম্ফাস্না থোনসি হাঙ্গইদুনা থোল্লে। ঐনা হান্না থোল্লম্বদগী মসিনা হেন্না জুৎ চাই। ইবুঙো অনিবু থাগৎচৈ।

নরসিংহ নম্বা মতমগী পুক্লিং অতুদা নমজবা নত্তে। ইতি

লেখক

# ব্রারি অঙুম্মা তম্ফাম্মা

১

নুমিৎ ময়ুম চঙখবে। মহোশা লাইরেম্বীগী মিস্না থম্বান উইশনবগা লোইননা ভময়াগী কোরি মুংখ্রে। ব্রাই নিংথিনা ভৈরবা তুলশিবোংদা ধূপ থাংমৈ থানবা হউরকলে। কনাগুম্বগী মাগুবতা "ঐসে নন্দের বাল" হায়না, কনাগুম্বা অমগী মাগুবতা "আরাতি করত নন্দরানী" অদুগা কনাগুম্বা অমগী মাগুবতা "আরাতি ব্রজরাজ" হায়না খোঞ্জেল লাওনা ইশৈ শকরক্লে। মতম অসিদা নৈমিষারণ্যগী গঙ্গা মপান্দা মুনি ময়াম্না কনানা "আপহিস্থা" হাইদুনা কোকতা ইশিং চাইথংলি, কনানা মমিৎ উইশিন্দুনা গায়ত্রি শোনবা উরে, কনানা শোনবা লোইরদুনা মখুৎ হামই, অঙম্ব' কনা অমনা পুমলোই লোইরদুনা পরিক্ষিৎ মহারাজগী সভাদা থুংলরে। পরিক্ষিৎ মহারজদি হয়েংদগী মহাভারত তাগদবগী ব্রত তৌদুনা ফমদুনা লৈ। জৈমুনিস্ন হয়েংদগী মহাভারত লিগদবগী যিশেং শেক্তুনা লয়রে। মতম অসিদা ভারত তাগদবগী লাকপা শ্রোতাশিং পুম্নমক স্নরক্লে। মতম অসিদা বামন-শিংগী মরক্তগী বামন অহন অমনা মহারাজবু য়েংদুনা হায়রকই।

বামন—মহারাজ, ঙসিগী তুম্বা ডাইবা ব্বোইনা জৈমুণীবু ব্বারি অমতং খলহল্লবদি মতম লেনবা ব্বাখ্ররোইদা।

মহারাজ—য়াম্না ফয়না. মুনিদেব, ব্বারি তাশিনবা জ্ঞান হেনগদবতনিনা!

বামন—( জৈমুনীদা য়েংলগা ) অতুদি অতো ব্বারি অমতং খল্লদনা!

জৈমুনি—ফনি, কৃপানি, ( ঙহাক তুমিন্না মক্ল লুকতুনা খল্লগা। ঙসি থনগদবা ব্বারি অসিদি খরদি লুইদা। ব্বাথল চংগদৌরি।

জৈমুনী ব্বারি লিফমগী আসনদা ফমখরে মমিৎ ঙহাক উইশিল্লগা মঙ্গলা চরন হৌরে, মঙ্গলা চরন লোইরে। হায়রকই—

ননাই তোল্লবা মুর্খনা ঙসি থনগদবা ব্বারি অসিদি মহাভারতকি আদি পর্ব্বগী পয়লা নম্বর হায়বা ব্বারি অতুনি অতুনা…………

মহারাজ—করিনো মুনিদেব, আদি পর্ব্বগী পয়লা নম্বর হাইবা ব্বারিদি করিনো মুনিদেব।

জৈনমুনি—চুম্মিদা মহারাজ, ব্বারি লিবা লুগদৌরিদা, ভাব তানা তাখ্রেদা—ব্বাদি অসিনি, হয়েংদগীদি মহাভারতকি আদি পর্ব্বনা ভারত হৌগদৌরি, ঙসি নুমিংদাংনা ব্বারিদি হৌগদৌরে মরম অতুনা আদি পর্ব্বগী পয়লা নম্বর থন্দবা য়াত্রবনিনে মহারাজ! অতুননি ননাইনা ব্বাথল চংগদৌরি হায়জবদো!

মহারাজ—ফরে, মুনিদেব হউবিরো!

জৈমুনি—ননাই ভেক জিহ্বানা হাইরোইদবনা মাংব্বোইনা হাইগদবনা তুংব্বোইনতুনা শ্রীযুৎ স্না চরন্দা ব্বারি থব্বা অসিদা হংস শ্রোতা ব্বোইনা তাবিনবগী দমক সভাগী চরন্দা কোটি প্রার্থনা তৌনা থুরুমজরি। পূর্ব্বে মমাংঙৈদা কাঞ্চননগর দেশ হায়না কউবা

লৈপাক অমদা ক্যামবা কউবা নিংথৌ অম পাল্লম্মি। নিংথৌ অসি মচা নিপা পোকতে। মুপী অমত্তা মপোকই হাইরিবা মজা ইবেম্ম অসি নবব্যাকরন্নচিংবা তমত্নুনা লাইরিক য়াম্না হয়বা মুপী মচা অমা ম্নোইরম্মি। চাউরক্লে থাজ য়োনজবা মতম ম্নোই-রকলে। মপাইবুঙো মমা-সিজ মহারাণী অনি অসি মচা থাজবগী ম্নাথন্দা অহিং মুংথিন তাউত্নুনা লয়রে। নিংথৌ মহারাণী ঙাংনরকই।

নিংথৌ—মহাবাণী, মীগী দেশগী নিংথৌমচা মুপীদি অতোপ্পা দেশগী নিংথৌ অমগী মচাদ' থাজয়; ঐখোইগী দেশকীদি প্রজাগী মরক্তগী মপা মপু ঙাৎকি মচা মশক মতৌ ফজবা থন্মুনা থাজনৈ। দেশ অসিনস্তু লাইরিক-লাইশু তম্বা অসি কয়ানগা চৎনদে। ঐগী ইচাদি লাইরিক হয়দো, অত্নগা লাইরিক হয়তবা অপংবদা থোকউরগা ইশিংগা থাউগ' তিন্নবগুম তৌত্নুনা ম্নুম্বান কয়া জুগোৎ চারোই হাঙ্গত্নুনা পুক্লিং অসি ম্নাখ্রেদা।

রাণী—য়াম্না চুমই ম্না য়াথং অসি তাকপিবা নজা ইবেম্মনদি য়োনা লাইরিক হৈংখ্রেদো; ইবেম্মমুক হৈবা নিপাদি য়াম্না তাংগনি মহারাজ।

মহারাজ—অত্নু ম্নোইরবদি মবুদ্ধি লৈবা মীদা পিরগা লোইরেদনা, নংনা করি হাইবগে?

রাণী—ম্না য়াথং তাকপিবা অত্নু মঙাইদনা। অত্নুম্নদি ম্নোইরগা নজা ইবেম্ম অসি চহি ১৬ হেল্লবা লৈশাবীনি, মত্নুমস্তু শ্রীযুৎনা কাউবিবা ম্নাদেদো।

মহারাজ—উম্

২

অম্মুক নুমিৎ লম মক্সম কাবা মতমদা নিপা অমনা শগোল তোংতুনা পাওচেল্লি, রাহৈদি— তাও তাও লৈপাক প্রজা পুন্নমক কুমসি চহিগী মনুংদা মজা ইবেম্ম থাজরনি মথাদি লম্বি চংপা মীনা লাংবনে, কৈথেন নুপীগী য়ারিনে, অডাং ময়াম্না লাংবনে, অতুগী মথক্তা শগোল মঙক্তা সিবা শরিক্লগা মখোন থোরকপনে করি অমত্তা তাখিদ্রে।

সহরগী লমলোং মরি ফাংবা মফম অমদা মী ময়াম ওম্মমই; মখোইনা উজা ট অমগী মউদা লাইরিক অম থৎপদু পাবা হোৎনরম্মি; অমনা তুং য়োইননা লাওরকই লৈপাকমচাশ লাওনা অমুক্তম্ম পারক-উবা মাংথংবনা,— মদু তাবদা অমনা পারকই—

কাঞ্চন নগর দেশগী মবুঙো লিক্লাই ইবুঙো নিংথৌরেনগী স্না য়াথং মতুং ইন্না প্রজা পুন্নমক্তা থংহল্লি— লিক্লাই ইবুঙোগী মমোমপোই অমত্তা পোকপী য়াঙমলোন স্না তমফা ইবেম্মা লাক্লিবা কালেনগী অক্ষয় তৃতীয়া নুমিত্তা লুহোংলনি। বরদি কামরুপ রাজ্যদা অতুগী মনাক্তা লৈবা চহি কুম্থ্রাম্সুদ্রিবা অমম্মুং লুহোংদ্রিবা পাথংনা শ্রীযুৎ মহারাজনা নুমিদাং লুক হাবা লোইতুনা খুদোং ফান্দুনা চেপ্পদ য়ারি থন্দুনা নুমিৎ-৩নি পুং ২ চেপহন্দবা ডম্বা নিপা অতুনা য়োইগনি। য়ারি অতুদি বেদদা পুরান্দা লয়বা য়ারি য়াদে মীনা লিনরবা ফুঙ্গা য়ারি য়াদে মশানা শেমজগদবনি য়ারি হউবদি শক্তিবুগী নোংমা পানবদগী হউগনি, য়ারিদা জয় তৌবা অতুনা মজা ইবেম্মনা স্না পুক্লিং তারবদি অতুম্মক লৌন লৈনখিবা য়াই মজা ইবেম্মগা য়ানদ্রবদি শ্রীযুৎ মহারাজনা হাইরিবা অক্ষয় তৃতীয়া নুমিত্তা লুহোঙগনি।

অহল—সহি কনানা তৌই ?

নিপা—অপাম্ব সংলাকপা ৱোইরমাগ্লে।

ঙসি শজিবুগী নোংমা পানবনি।

খোমদোন—য়াম্বা সঙ্গাইশংবা কনা লৈবগে ?

সংঙ্গাইশংবা - করিনো ? কনানো ? কৈরুং ফমলা ?

খোমদোন—মানি !

সংঙ্গাইশংবা—পুশিল্লকউ।

শ্রীযুৎ লেংলকলে, হকচাং শাজেন্নচিংবা তৌরগা চেপখ্রে। কৈরুংবা য়ারেকশংগী খোমদোন্না পুরকপা সংলাকপম মঙ্গি ৱারি খনবা হৌখ্রে। ৱারি খনবা মিনিট ৫ সুদনা শ্রীযুৎ চেপখ্রে। সংঙ্গাই শংবনা চৎলো অতো নঙগী জয় লৈতে। ২ নি পানবদা "উমা" ৩ নি পানবা 'দয়া', অস্তুম তৌদুনা শ্রীযুৎতা ৱারি খনবদা মহারাজবু পুং ২ দি লাইরদনা মিনিট -- ফাওবা চেপহন্দবা ঙমদ্রে। মতৌ অস্তুম তৌদুনা ঙসি শজিবুগী ২০ নি পানলে। কনা খোইদোকপা ইচং খোবা লৈরকত্রে। মরমদি লাইরিক লাইস্তু হৈবা লাইরিক লাইস্তু হৈবগী মচা মথৈ লোইখ্রে। করম তৌনি মহারাজনদি মজা ইবেম্মবু, হন্দক লাকলিবা অক্ষয় তৃতীয়াদ লুহোংগনি হাইরি, ঙসি ১৪ নিদা মঙাইরে। মহারাণী বিভুলা চুপে ; মহারাজ থম্বাই ৱারে। ২১ নি পানবদা ৱারি লিননবা লাকত্রে। ২২ নি পানবদা নোংচুপলোমদগী নিপা অম লাকই। মহারাজদা হঙ্গৎলি, ননাই নোংচুপ হারম মচা অমদি লাকই, ঙসি ৱারি খনগনি হায়দুনা, মহয় মশিংস্তু ফনা হয়, মশক মতউস্তু য়েংবা য়াই জ্ঞান য়াম্না লৈগত্রা হাইনা থম্লি।

মহারাজ—মখোই নোংচুপ হারমগী মৌ অসিনা মপুক ফত্তবা অসিনা

য়াম্না মুংঙাইতেনে ; অদুদৈ পাবুং স্নাথ্‌বা পাম্লিন্ডৈদা নোংচুপ হারম মচা অম মন্ত্রি ওয়োইরম্মী. মাবু পাবুং স্নাথ্‌বানা য়াম্না চানখ্রে। পাবুং স্নাথ্‌বানা মশা কম্বা মী থোম্মু নোংপোক লানতাগনি খ্বাইদগী মশা ফবা মীবু তলব য়াম্না পিয়ু হাইরে ; অদুদা মন্ত্রি অদুনা নোংচুপ হারম ঙাক্তা পুসিনগদগী লৈপাক অসিগী মী লাকপা মতমদা পাঙ্গল য়েংইবনি হায়দুনা মণ অন্তম পু হেক্তা হাই, ঙমদ্রগা মতিক চাদে হাইদুনা তানথোকই ; মাগী মী লাকলবদি সের ২০ পুহল্লগা য়াংনা পুই কল্লি হাইদুনা লৌশিল্লি।

মন্ত্রি—করিনোনে 'ঙবো ! মাগী মীদদি সের ২০ দা পুহল্লি, ঐথোইগী মীবুদি মণ ৩ পুহল্লি হাঈবা য়াত্রনে !

নিংথৌ—ওম্থোকপনিদকো মন্ত্রি ! নংথোই ঐথোই নহা ওয়োইনা মউহউরিবনি। মতম অদুদদি মহাক্না হাঈরগা লোইরে। মহাক্কী থোংদা নত্তনা পাবুং স্নাথ্‌বা উন্নবা য়াদে। কাওরত্রা ধরমপুররোমদগী নিপা অমনা সাওদুনা মণ ৩, সের ২০ গী ৱা অদু হাইরুবদা বিদ্রোহ তৌগদৌরম্মে হাইদুনা অকনবা দণ্ডি ফংগে তৌরবদা ঐনা কনথিবনিদনা। অদুমকপু মীনদী মরৈরকত্রবনিনা লিহল্লো। স্না য়াথং মতুং ইন্না নোংচুপ হারম ওয়োইরবস্নু ৱারি থৌগন তৌরে। মুমিৎ নিনি মঙ্গোল ওয়োইরে। লৈপাক পুম্বা থন্নরে হন্দক্তি নোংচুপ হারম মচা অসিনা মজাইবেম্মা লৌথিবা তাবে। হুম্নি স্তবদা হিদাক ঙানথক ফাদনা মহারাজ চেপখ্রে। নোংচুপ হারম মচা মমাই থিরে। মথৱাই মুংঙাইজনা হনখ্রে।

মফম অসিদা পাঠকশিংগী চিংনবা কোরুবা ৱা অম অনিদংদি

হাইজগে। হাইবা য়াই নিংথৌ অহুনা পামদ্রগা তুমশিন্নরগা হেক লোইরে। অমনা লক্ষা অম ব্বারি মুংঙাইদনবু তুম্নিংবগী নিদ্রা হাইবা অহুনা লাক্লবদা থিংবা ঙম্বা পোৎলা। অনিমক অচুম্বা ঙাক্তনি। মফম অসিদা তারিবা মীগী পুকচেন অমসুং লিরিবা মীগী মগুণ মুন্না য়েংবা তারে। ভারিবা নিংথৌ অসি ধর্ম্ম রক্ষকনি হাইবদি মশানা ধর্ম্ম রক্ষা তৌরিবা মী অমনি; অহুগা কৈদৌঙৈদসু নত্তবা পুকচেন চেল্লোই অহুগা নত্তবসু তউরোই। অহুগা ব্বারি লিবা অহুগীদি মাগী বক্তৃতাগী শক্তিনা অমসুং ব্বারি অহুগী মগুম্না সংসার পুম্নমক কাওহনবা ঙম্বা ব্বারি অহু লিবা মী অহুবুনি অমতা পোকপি মজা ইবেম্মা পিগে হাই-রিবদি; নাওশুম ইশৈগুম্বা ব্বারি লিবা মীদা পিগে হাইবা নত্তে।

৩

চিংগী চিংয়ানি মুমিৎ ভাগদবা লম অনিরোমদা ঙাইরে। চিংমাই চিংমাই খুদিংদা য়েনিং অনোবা পুম্নমক মুমিদাং ব্বাইরমগী মুংশিংকা শান্নমিন্নরম্মি। চিংখোংদা লৈবা পাৎচাওদা হানৌনা ইশং শঙম্মি। শল লাবা অমোম্না হানৌদা মচিন্না নোইহৎলম্বদগী মখোংনা নোইহৎপা হৌখ্রে। পাৎকা চিংগা লোন্নবদা শজি লাবা অমোম্না মমিৎ মনা ইথক থক্না শনকাববু য়েংলম্মি। পাৎ অহুগি মচি অমদা পাথং অমনা মাগী মুংশিবীবু থাহুনা খুলং ইশৈ শকলম্মি। শিং চনবা খুম্পুনা শিং কোকখোংনাহুনা চিংয়া তম্না হাইথরক্লে। পাৎতা ইশিংপা কাংবুসু ইসতোপতা তুংগোন লোনশিল্লগা ইসতোপ লেংখোংনাহুনা ময়ুম শঙ্গাই পাংলকলে। হাঙ্গীরিবা পাৎ অসিগা চিং অসিগা লোম্নবা লোইশিন্নবা, সহরগসু লোম্নবা মফম অমদা হৈগী জাৎ লেগী জাৎনা

স্নুরবা রাসমণ্ডল হাইরগা থংনবা প্রমান লৈতনা ফজখ্রবা বন মচা অম লৈ। হাইরিবা বন অসিদা হাঈরিবা রাসমণ্ডল অসিদা নেমলপ তউনা হৌরিবা হৈনউ পাম্বি অমদা লৈশাবী অম ভাতুনা লৈরমমি। হৈনউ আসিদা মেলৈ লৈস্নানচিংবা উরৈগী জাৎনা পিকথল্লা শাৎলম্মি, হৈনৌ অসিগী মাইগৈ মরিমক্তা লৈরিনচিংবা মথল মথা অয়াম্বা লৈ শাৎলম্মি। লৈশাবী অসিগী য়োই য়োইরপ্পা মৌ মচা অমস্থু লেপলম্মি। মথোই অনি অতু করি তৌবা লেপলিবনো হাইবা কনানস্থু হাঈবা ভমলমদে, য়াবগী মতৌস্থু মাল্লি, হরাওনস্থু উহৈ। লৈশাবী অত্তুবু উরগা রম্ভা মেনকা উর্ব্বশী হাইবতু য়োইরমগদ্রা হাঈনা নিঙনৈ; মৌ অতুস্থু শকফম য়াৎতে। মথোই অনিনা লেপলিবা মফম অসি চিংখোংদগী লৌথাইমুক্তা মরাপ্পী, মতম অসিদা পাখং মথোন কারকপা পুলৈ কুচুনা লময়োবা অম লিরুং তেন পাইতুনা চিংথকতগী চেনথরকই, লম্বী হেক য়উবদা কদোমদা চৎখ্রে সজ্জিশিংদো হাঈতুনা লাওরকই। কনাদা লাওরিবনো হাঈবস্থু থংদে। পাখং অসি গুলামচু কোয়েৎ য়েংলি। কোংগোন অভৌবা থিনবা খদাংচেৎ লাকই। রেসোম ফুরিৎ সাইগকপা লিংলি, গুলামচু ফেজোম তাথত্তুনা শেংলি, খুবোময়াই হাপই খোঙ-উপতি মতোন কোনবী য়োইনা তউবা অম উপ্পগুম তউব্রা! হাঈরিবা পাখং অসিনা সজ্জিশিংতু কদোম চৎখ্রে হাইতুনা কোইলাও লাওবা অতু ভশাইগী মুপী অনিস্থু তাতুনা য়েংথোকলকই, অতুদা লৈশাবী অতুনা হাঈমা ইচে মুপা মচা অসিবু কনানো?

মৌ—( নোক্লা নোক্লা ) ইবেম্ম অসিবু নিপা মচারনে ?

লৈশাবী — থংদ্রেদা লৈশাবা অসিনা কুইমল্লতুনা পাখংশিং অসি ইপুব্রা ভাক্তা য়োইনা নিংভেদা।

মৌ—ইবেম্মনা শাই-ককপদি চহি অনিরোমদা ভাইরি করম তৌনা লৈশাবা কুইবিবা ?

( কান অতুদদি চহি ১৩ । ১৪ দা শাইককলম্মি; হুজিক কানগী মৌশাবসি তৌনরমদে, মরম অতুনা লৈশাবী অসি চহি ১৫ । ১৬ রোম স্নুবা তাই । )

মৌ—ইবেম্ম পাখং মচা অসিবু করি করি ককাক খনব্রনে ?

লৈশাবী—তানিঙ্দে, নংগী ব্রাচোই ভাঙ্গন্নু ।

মৌ—খল্লবস্তু দোষ লয়তেয়ে । পাখং অসি মিচম ৱোইরম্মোইয়ে । য়েংউদনা খদাংচেৎ অঙোবদা কোংগোন থিল্লিবসি উব্রা ? অতুগী মথক্তা মাইথোং অসি ন্নুংশিদ্রা ? অতুগা শাবানস্থু য়েংউ নুং চৎপা থাবাকনি, শুক চৎপা পাম্বোমনি, লমজেন য়াংবা খুনামনি, থোংয়াই চৎপা কপলাকনি । অতুৎৈ ইবেম্মনা শ্রীযুৎকি ৱারেপ তাবদা "ঐনা তম্বাদ্রবদি কনানা ৱারি অতু লিবা ঙমগবনোদা" হাইথিবা কাউদ্রি । তম্বিযুদনা ইবেম্মথোই ঐথোইনা ৱোইরুবা য়াবা পোৎস্থু নত্তে ; নিপা মচা অসি নিংথৌ মমাক ৱোই-রসন্নুদনা ।

লৈশাবী—অতুবু ঐনা করম তৌনা—

মৌ—মথা তারন্নু ৱাবি অতু ঐঙোন্দা হেক তম্বিরো, অতুগা ঐ মঙোন্দা মথাং অম অমুক তম্বিগে । নিংথৌ অমগী মচা থাজবদা মদৎ তৌবদি পুন্সিনিনা করিনো । হন্দককি মহারাজগী ৱাশক অসি শোইরবদি মহারাজস্থু জাতি ধর্ম্ম চৎখিবা য়াই অতুগা মজা ইবেম্মস্থু মরা ফংদবা য়াই—মাতু ইবেম্মগীদি মহাসর্ব্বনাশ হাইবা অতুনিদনা ।

অস্থুম তৌনা ৱা ঙাংনরিঙৈ অসিদা অসাইগী পাখং অহু মুপী অনি অহুবু উহুনা ইফিং ফিংনা লাওরকই--

পাখং—ইবেম্মখোই ৱা অমত্তা হংগে ?

( কনা অমত্তা খুমদে ) ইবেম্মা অনিমক তাবিরিব্রা ?

মৌ—মথক লোমদা কাবিরকউ নুংশিৎ অসিন' করি অমত্তা তাদ্রে। পাখং কাথংলকলে।

পাখং—( মপুক্লিংদা ) ফজৈদা লৈশাবী অসিদে--হন্দক ৱারি লিরগা ফংগনি হাইরিবা লৈশাবী অহুবু অস্থুক ফজরমগদরা ; থাজদে—( ফোংনা ) ইবেম্মা অনিমক সজি সঙাই খর চেনখিবহু কদাই য়ৌখ্রে ?

মৌ—ইচেমগী ইবুঙো ঐখোইদি সজি য়েংবা লাকচবা নত্তেয়ে। লয় হেকপা লাকচবনি।

পাখং—শকতি য়াম্না নৌরি, অহুবু খোনদি লিরেদা।

মৌ—ইচেমগী ইবুঙো, ইবুঙো হাইধবু ৱারৌব্রনে ? ইচেমগী নোই হাইরিবা শকফম অসিদগী ইপুৱান অমুক হেন্না নউনা উইনে অহুনা ইচেমগী ইবুঙো হাইবনে, ৱারৌগনো।

পাখং—সজি উদ্রবদি চৎলগে। ( মচিন্দা মহাই চৎপদি চৎতে )

মৌ—ইবুঙোবু করি লমদগীনো, করি তৌবা লাকপনো ? লৈপাক অসিগী মীদি মান্দে অতোপ্পা লমগী মী মাল্লি। ৱারি ককাক লিগে হাইনা নিংবরনে ইপ্‌াবো ?

পাখং—উম, ইবেম্ম ঐ মনিপুর হাইব', লৈপাক অহুগী নিংথৌমচানি। কুমশিদি ঐখোইগী ওক মরেন লা‌ংকাবদা শামু চানি

হায়তুনা লাইশা তানব লাকপনি। মেঙ্গা শিকার তৌতুনা অস্তুম লাকপদা —

মৌ — অসি য়োরকইবা ?

পাথং—হোই চিং অসিগী চিংদোন্দা পুখ্রি অম লৈ, মতুগী মপান্দা ঐথোইগী ফৌজ লৈ, নিংথৌ অমগী লমনি হুকুম য়াওদনদি মেঙ্গা শিকার তৌবা চুমদে হাইতুনা হুকুম ঙাইরিঙৈদা সজি মচা অম অনি তাল্লকইবনি। অতুগা য়াবি ……… বিষ্ণু বিষ্ণু।

মৌ—য়ারি হায়বগা বিষ্ণু শোনবদি করিগীনো ? মহারাজদা নুমিদাং য়ারিস্তু থনগে নিংব্রনে ?

পাথং—য়াবি হৈতদনা লৈবে।

মৌ—থয়াইনদি পামব্রা ?

পাথং—কবি হাইগদনোনে ইবেম্ম! ইবেম্মদো ফজখ্রে হাইদা। মরমচৎ ব্যবহার নিংথৌ মচা য়োইবগী লমকেৎ লমহাইবী করি অমত্তা য়াওদে হাই, অতুবু য়াবিদি

মৌ —হৈতে অসি নব্রদো ; ইচেম্ন তম্বীনি। হুজিক চৎলে' কৈরুংবা য়ারেক শংদা—হয়েংদগী য়ারি থনগে হাইরুরো। অতুগা হয়েং লিগদবা য়াবি অতু ইচেম্ন হয়েং তম্বিনি মতম অসিদা মফম অসিদা লেংঙকউ।

নোংঙাল্লে। নুংথিনগী পুং। তাবা মতম, ঙরাংগী লৈশাবী অতুগা। মৌ অতুগা হাইরিবা বন মচা অতুদা লেপতুনা লৈরম্মি, লৈশাবী অতু হঙ্গামপান ফনেক অম শেৎলি, ফিতুপ লৈ-শংবা অম ইল্লি। কোইককরিবা শমলাং অতু নুমিদাংয়াইগী নুংশিৎনা য়ৈতুনা য়েৎলোম য়োইরম চাইথোকল্লমই। নাপতাবা শমলাংদা লৈহাও অম য়াল্লমই।

অতুগা চুবাদা লৈনাচোম ফজবা চিল্লি; নাগেশ্বর অমনা নামদা চিল্লি। মৌ অতুদা য়ারি তম্বিবা লোইরকলদুনা লোইশনগদবগী য়াম্না কম্না হোৎনরি। মতম অসিদা নিতয় নিংথৌ মচা থুংলরে।

মৌ—লেংলকলব্রা ইবুঙো; য়ারোনো চহিগীদি ইবুঙোনস্থ হল্লস্ব য়াইয়ে,

অতুবু শক অতু য়াম্না নৌখ্রে, ইচে কোও।—

পাখং—ফরে, করম তৌসি হাইবা!

মৌ—পুক্লিং চংনা তাও, ইচে য়ারি লিগে।

মানা লৈশাবী অতুদগী তম্বা য়ারি পুন্নমক লোইনা তম্বিরে। য়ারিহু পুং অনিগী চপচানা লিরে। লেচ্‌ঙ্গো ইবুঙো হয়েং অস্মুংদৈদা অমুক লাকউ হায়দুনা মৌ অতুনা হায়বে।

৪

পাখং চিংদগী কুমথখরে। পুং ৭ তারে, কোন্নুং তান্ন লাকপগী লম্বীদা মানা থল্লকই হন্দক করি থোক্লগবা করিগুম্বা মঙ্গল য়োইরবদি নিংথৌ মচানা নিংথৌ মমাক য়োইবা। ভাল, ভাল, করিগুম্বা ওমদবা থোক্লবদি ওঝা য়ারি লিবস্থ য়োইরু, নিংথৌ মচাস্থ ফংদা থুপতুনা থম্বা য়াবা পোৎতি নত্তবনিনা—মণিপুরদা হন্দক ঐ চোপকদোরিদা! অতুগা মৌ অতুগা লেপমিন্নবা লৈশাবী অতুনা কনানো ফজথরেদা মাহুবু ফংলবদি নিংথৌ মচা হাইবা অতুদি শুকপামবু পামদ্রে কনা য়োই-রিগবা! নিংথৌমচা নুপী সোইরবস্থ মাহু লোনবা তৌগে। হয়েংদি মৌ অতুদা হংখিগে।

পাখং, কৈরুংবা য়ারেকশংনা পুতুনা সঙ্গাই চংলক্লে। শ্রীযুৎস্থ

ফমজাও লেংখত্তুনা খুদোং ফানবদা মহৌরি। সঙ্গাই সংবনা নিপামচা চংজরকউ চংজরকউ, নহাক্লা ঙসিদনী ৱারি খন্বা হৌনি হাইবদো।

পাথং—য়াম্বা সংগাইসংবা ননাইনি। ননাই ঐহাক্তি অঙাংনগা ৱোই-
বনে লম অসিগী মীগা নত্তবগা স্না কোন্নুংগী থৌগল্লোন য়াম্না শোইগনি ; য়াম্বনা ননাইগী অয়োল অরান পুম্নমক ঙাকপিয়ু।
অসোই অঙাম তাকপিয়ু। ননাইনা তৌজগদবা করিনো ?

নিংথৌ তাঙ্গৈ অমস্তুং খল্লি, অঙাং অসিদি ৱাহৈ ব্যবহার ফজেদা। করি থোক্লগবা ! লাম্লুপ থোকপা লাম্লুপচিংবা লাকলে। নৈমরেন কাগী মমাংদা ফুঙ্গ, ময়াদা ফক মচা অম খাবিবগা লাম্লুপচিংবনা—অবুং অসিদা ফমজৌ, অতুগা নংনা থনগদবা ৱারি অতু খল্লে।

ফক অতু ইন্থোক্লগা খুকউ অম নৈপাকতা, খুকউ নৈপাক তাদবা থোং অতুদা ফি কুপ্পগা নিংথৌ থোগল্লোন কাইদবগী ফমফম ফমলগা মিতয় মচা ৱারি হউখ্রে।

থাইনা মমাঙ্ দৈদা মনিপুরস্না নৈময়োনগী লমলেন থাংমৈবন্দ পনথকতা নাপেৎ হগ্তবগী মশু মোংজম লাবয়গা, পাখাগী হিজমগী রমনগা য়াম্না চান্নে। ফমনাইবা মচা মশু ৱোইনা তৌতুনা য়াম্না ন্নুংঙাইনা লমকেৎ লমহাইনা পাল্লি। কালগি গতি অঙকপনি। মথোই অনিমক নংলে, চানিংঙাই নৈরকত্রে। হিজম মচা মশাবু য়োনজতুনা পুখাওদা লৈখ্রে, লাবয়দি মাগী কারবার অতুনা চাবা খর খর থুংতুনা মীগী মিনাই মকতি ৱোইদ্রি। রমন পুখাওদা নৈরগা মচিঞ্জাক খব চাজরে। মরক মরকতা য়ুম্ফাল কাতুনা পুখাওগী ৱা-রান থোকপগী য়ুম্ফাল কাবা অতুগা পুখাওদা থোকপা পোৎ য়োনবা অসিনা মাগী মথৌ ৱোইনা তৌই ! নোংমদি পুখাওগী

লাইথরোই খর পুতুনা ফক য়োনফমগী মনাক্তা ফমতুনা য়োল্লিঙৈদা লাবয়স্ু মতুনা লাইথরোই চানিংই হাইতুনা লৈগে লাকপদা থেংনরে।

লাবয়—ইতাও রমন, করম তৌরি ? উদবা কুইরেদা !

রমন—হাইমা ইতাও, মুংশিদা খর মুংঙাইরিব্রা ?

লাবয়—ইতাও নংলেদা থাইনগুম্না নাপেৎ ফৌ থাইস্ু পিথিদ্রে। শমস্ু মহৈ মহৈ কক্সরে ; অতুগা ময়াং নাপেৎতা তান্নখ্রে, ঐখোই কাপ তারে। অয়ুক চারগ নুমিদাং হেল্লে।

রমন—ইতাও ঐদি চাবা মক্তি ব্লাংত্রে, লম অতুনা খর চানতুনা। খুলগী লৌখোং থৎনবগী লাকপনি, অতুদা লেম্ন চৎতবস্ু হাইতুনা চেংজেনস্ু ব্লোইনগে হাইতুনা লাইথরোই খর পুরকতুনা য়োল্লিবনি। সে, লাইথরোই অসি চরা অম' চারুরো ( অসি হাইতুনা লাইথরোই খরা পিবা )

লাবয়—পুখাও অতু ঐখোইনা চৎলবদি থক কান্নরোইদ্রা ?

রমন—করি হাইরুনি ইতাও য়াম্না কান্নগনি, অতুদা নং অসিনা নয়ুম থাদোকপা—ডম্মোইদো ! সে, হন্দক্কি পঞ্চমীগী অসিদা নাহুৎপা 'লুগুণ' থাংবা য়াম্না লৈ অমুক্তা কুম্মকউ।

অসি হায়রগা মথোই অনিমক হন্নখ্রে। পঞ্চমী লাকলে। লাবয় পুখাওদা চৎলে। রমনগা উম্নরে, মাগীদা লৈরে, পুখাওগী নাহুৎপা, 'লুগুণ' থাংবগী দক্ষিনা লুপা ৫০৲ অম ১০০৲ অম ফংতুনা মথব্লাই মুংঙাইনা পুখাও থাদোকলে। রমন্না মাবু খর থিল্লকই। শগোলমাংগী ইরানফম ফাওবা থিল্লগা "ইতাও চৎলো," "ইতাও লৈহৌরো" হাইনতুনা মতাও অনিমক থাইনরে। শগোল মাংগী খোংনাংখোং লান্দুনা পুরুম খুল্লক তারে। পুরুম খুন লাল্লগা তরেং

খুনগী ফুর্জ্জু য়োরকপা মতমদা কয়মু অচৌবা অমা ফমত্থুনা লৈরমমে। লাবয় তুং মাং য়েংই মীগী মশক উদে। খুনদগীস্থু লাপলে য়েং লোম য়োই বোম জঙ্গল ঙাক্তনি। করম তৌনি। লাবয় সিব শোইদ্রে। মতম অসিদা শ্রীগোবিন্দবু তোইনা শোল্লে, শাগৈগী লাইশিং নিংলে, উমং লাই কাওদ্রে, মানা তৌখিবা দোষ পুন্নমক নিংশংলকলে, খল্লকই—হাই করি তৌনি, শিদনা শিরবদি নিপা থোক্লা শিরগে হাইত্থুনা কয় অত্থুদা মুন্না য়েংলগা হাঙ্গৈ হাই চেনখিনু হাই। ঐনা নংবু থিবিবা কুইরেদা কয় বাঙ্গি তৌগে তৌবদা কয়মান্নবা লয়তত্থুনা কোইথিথিবদা ঙসিদা ফংইদা। কয় অত্থুস্থু অচিকপদা তাইবং মী অম ফংবা অত্থুদা এঃ ফরেদা মী চাদবা মতম কুইরে, হাইত্থুনা হরাওদনা মতিন য়োংত্থুনা খল্লম্মি, মকোক অসি হেক ফংবগা চাগে অত্থুগা মশা অতৈ অসি নিংথিনা পুরগা ইত্থুগা ইচাগা ফুঙ্গা নুংজুম শান ফমত্থুনা চাগে, চাবু চাও হায়রবদি কয়া লাইনা ফংলবনোসে। অস্থুম তৌনা মতিন য়োংত্থুনা মখয়াত্তা তাত্থুনা লৈববা মচিল্লাকনা কয় বাঙ্গি তৌগে তৌবদা কয় মান্নবা ফংদত্থুনা লৈরকপদগী ঙসিদা ফংইদনা হাইবা য়া অসি তাবদা কয়না হংলকই, 'করম তৌবা য়েনশাং নংনা হাইরিবা অসিবো'। ঐবুরা নংনা থিরি হাইরিবা অসিবো!

লাবয়—মানিনে ইবো চেনখিন্নু, তৌববুদি চেল্লবস্থু চেন্না মফারগনি।

কয়—ফরে নংনা বাঙ্গি তৌবা ককাক হাইরিব অসিবু করিনো নহাই?

মী—অসিনি হাই, নহান্দা কলিকাতাদগী কয় জুড়া অম থারকউ হাইত্থুনা থারুবদা শক মান্নদে হাইত্থুনা কয় অনিমক হল্লক্লে। অত্থুদগী জোড়া অত্থুগী শক মান্নবা থিবদা কয় অমগীদি শক মান্নবা ফংলে। মাত্থু ঙরাংদা থাখ্রি—ছুজিক ঐগী খাওদা য়াওরিবা

অসিগীদি শকমান্নবা ফংদহুনা লৈরিবৈদা তরেৎ খুনগী খুম্বোং নম্বরনা মথোইগী খুন মনাক্তা ঐগী কয় অসিগা চপ মান্নবা অম লৈরে মহুদা খর ফারো লাও মথোইগী খুন্দা ওক য়েন, শন্নাও য়াম্না চারে হাইরবদগী ৬সি য়েংগে লাকপনি অহুবু হাইফেৎ য়েংবদি য়াম্না মান্নরে। অহুবু থানহুনা অমুক্তংদি য়েংথিগে। মান্নম্রবদি করি তৌরুগবনো থাদোক্কনি কয় য়োকপসি য়াম্না রাখ্রে, সুমিৎ ২/২ দা শল অমমম তিংইবনি।

ব্রা অহু তাবদা কয় অহুগী ৮কপা হাঙ্গৈবহু লোইরে; নোক্লিংবনস্তু লোইরে; কিবস্তু কিরকলে। তবেৎ খুনগী নম্বরগী শনগোন্দা নহানদস্তু মানা সুমিদাং শন্নাও অমগা হেক লাকউরে। মাগী অহুগী প্রমানস্তু য়েংনিংলে।

কয়—ফরে নিপা ঐগা শক মান্নে হাঙ্গৈরিবা কয় অহুদি নঙোন্দা হুজিক য়াওরিব্রা?

মী—য়াওদবদে—মাদি নংন, তৌরিবা মথয় লোইন তৌগনি।

অসি হাঙ্গৈহুনা নাপেৎনা মাগী নাপেৎকি থাওদগী মিনশেন মচা অহু পুথোরকলে। কয়গী মমাইদা মিনশেন অহু য়েংহল্লে। কয় অহুনা মাগী মমি অহু উরে। উবা অহুদা কয় অহুনা থল্লি; মান্দি মাল্লে হাই সবকাশকি কয় ময়াম বন্দোবস্ত তৌরিব‌সি নিপা অসি ব্রোইবা তাইদনা, ওস্থোকপা লাইবকনিদা, য়েংশাং হাওব্রা হাইববু ঐবু ফাথিবা তারবোরে! মানা তৌরিবা মথৈ তৌহাই হাইহুনা মী অহুনা লাওরকই। কয় অহুনা মমিৎ থৎতুনা য়েংই; লাবয়গী মিনশেন মহুংগী কয় অহুস্ত মমিনিনা থংলে—মানা তৌরিবা মথৈ লোইনা তৌরে। হরি, হরি, অন্নাবনি হুজিক্তি করি উপায় লৈ, হায়জরবস্তু

য়াররোই, লাক্করুরে, ঐগুম্বা কয় মশিং নাইদনা ফারবা মীনি; অহুনদি চেনবা হাইবত্থু মচাইরে, অস্নম খন্দুনা কয় মমৈ থাঙ্গৎতুনা ফুর্জু পাংনা চেল্লে। নিপা অহুনা কয়গী মতুং ইন্দুনা কন্না তাল্লগা কয়গী মমৈ পায়রগা মাগী থুরন মনঙ্গন্দা স্নবে। মতম অহুদা কয় অহুনা রঘুপতি রাঘব রাজা রাম পতিত পাবন সিতারাম, ত্রাহিমাং মধুসূদন, হাইবুডো দ্বারিকা নাথ দ্রৌপদিবু অৱাবা তারবদা কনবিখিবা ইবুঙো নত্রা, শামুং লাইরেনগী থয়াত্তগী কনবিবা ইবুঙো নত্রা! ননাই কয় অৱাবা তারে হা—ইবুঙো কনবিয়ু! ইপা ইপু পোকপা ইবুঙো ননাই ডসিদদি কনবিয়ু। ওল্লকপা পূর্ণিমা স্নমিত্তা শনবি চাওরবা অমনা নোংদোন লোকতা উৎসব কৎচগে। মতম অসিদা নিপা অহুস্নু কিরক্লহুনা থাদোকলে। কয় অহু ওম্থোক্ল ৱানা চেনখ্রে। লাবয়স্নু ডসি ঐগী পাইরক্কি লৌশিং অসি নংলমদ্রবদি কয়গী য়েংশাং ৱোইরমগনিদো হাইহুনা ময়ুমদা হনখ্রে।

লাবয় ময়ুম য়উরে। মতুগ উল্লরে, পুখাউগী লাইথরোই, শগোল মাংগী পুলয় পুথোক্তুনা পিরে। য়ুন য়াংথৈ অম চাম অমগী নাহুৎপা লুগুন থাংব য়াওরুবগী ফিরোল কোললিকস্নু থর ময়াওরকই। পয়শা অস্নক য়াওই হায়বদি কনাস্নু উদে। অহুগা মান থুংবা কান্দা উবা মী পুন্নমকনদি পয়শা থর য়াওরকই হাইবা অসিমদি ভাবনা অহুম্মক থংনরে।

লম অমা লৈরবদি থবক স্নুনিংদবী চাতুরায় অম লয়তবা হৌনদে; অমদা কক্ অমদা কাক্ তৌহুনা অমদা অম হাইজিন অমদা অম কাপশিন তৌহুনা ইমুং মহি লাংহনলগা মতৈ মনাও থৎনহল্লগা মচিঞ্চাক পুবা নুপী নত্রগা নুপা লৈতবা হৌনদে। মফম অসিদস্নু

মুপী অম থোরকলে। নাপেৎকি ইমুংদা নিংনিং লাওবা অহু ষ্টরহুনা ইবেম্ম লেংশিল্লক্লে। লাবয়গী মতুদা হাইরে, ইবেম্ম নংগী নৱাসে পল্টন অসিদা কুঞ্জমিষ্ট্রিগী মচা মুপী অসিদা কোঈরবনি হাই। নোংঙানবদগী মীগী মশম ককউরগা থোরকপা পয়শা অহু কুঞ্জ বাবুগী মচা মুপীগী চা গিলাস অমগা শিন্নরবনি থংদব তউগ্ন, অপংবী, হাইরে; নঙোন্দা ৱা অসি হাঈবিনবা কনা লয়বগে, ঐদবু নংবু মুংশিমনখ্রহুনা হাঈরিবনি, নখোইগী নিপানা তারবদি খোংজিন কক্লদোরিবনি। লাবয়গী মতুনা হাইরকই—হোইনে ইনম্মা ঙসি নিনি হুমনিসে পয়শা থোকতে হাঈহুনা পয়শা অমতা হেক পুবকতেনে। থংউ, থংউ হন্দাক্তি পুখাওদগী পয়শা ফংই হাঈহুনা খরস্থু লুনা তৌবা হেল্লবনি, হাইবম্মগা ইবেম্মা লেংখ্রে, চান থক্লবা ত্রিংথিনা য়োমখ্রে।

ঙহাক লৈরগা লাবয় লাকলে; মতুদা হাঈ মতো ঙসিস্থু পয়শা অমতা হেক থোকত্রে, ওম্থোকপা হায়বহুনি। মতুনা হাঈ—চা তেঙ্গোৎ অমদা অহুক হুক য়াম্না পিহুনা থক্লবদি কদাইদগী পয়শা পুবক্লগদগেদো। লাবয়স্থু ঙক্লহুনা কদাইদগী চা—চাক ফাওবা চানিংঙাই লৈতবা ঐনা চা থকপা—তুমিন লয়য়ু।

মতু—থংঙে, চাকস্থু চানিংঙরিরোই, চাক পুকথল্লবনিনা।
লাবয়—তানিংদেমক্লাই, চাকপু থিরোনে।
মতু—থিরগে, হাইরিবাসিনে চাকপু চাববোইয়ে।

মতুনা থিবা চাক অহু লাবয় চাবা হউরে, মহুগী মুমিৎ অহু অস্থুম থোকউ হাইবা অহুনা চমফুট অমগা উতি অমগা তউরম্মি অমেৎপা ম্লাওরমত্রে।

লাবয়- -য়েংশাং অসিবু চমফুৎ অমগা উতি অমগা থোংবা অতুগা অমেৎপা য়াওদবা অঙকপনি ! অসিবু মীনা চাবা হৌনত্রা ?

মতু—অসাইনা ঐনা হাইজরে, নুংশিবীগী চান, পুক থন্দুনা লাকলবা মীনা চারিবা মথৈ হাওবা হৌনদে। পুক্তা হাপচিনবা য়াত্রগা ঐডোন্দা শাওবিতুনা কাম্নরোই। তোকপিরো, তোকপিরো—হাইরগা হা ইমা ইবেম্ম ঐবু লৌবিররো. মন্নানা পামদবা নুপী ৱোইতুনা লৈগদবগী শরুকপুদি য়ুম নাইদবনা ফৈ হাঙ্গৈতুনা তেংথাতুনা কপলে।

লাবয়না করিনো মসিনা তৌরিবা অসিবো হাইতুনা ঙহাক মুন্না য়েংলগা শাওরক্তুনা লিচৈ অম পাইতুনা কারন লাকতুনা ফুরে। অতুদগী লাবয়গী মতু মপামদা চৎখ্রে। মনেম্বোক হাইবা অসিনা মচা নুপীবু লুনা তউবা ময়াবু চানবা ঙমথৈ লৈতে, মচা নুপীবু থর থিনা তউই হাঙ্গৈবা তাবদা ময়া অতুবু হু মরুম থাই। করম তউনা ইচাবু মানা ময়াং নিংঙোল কোঙ্গৈরগা লিচৈনা কারল লাকতুনা ফুবা হুজিকমক চৎলু পোং লৌরু হাইতুনা মাগী লৈজবা মী মথৈ খোম্মে। মতম অসিদা লাবয়গী মকুনা হাইরকই—করিনো নহাই নংনা পংশাওদা শাওব অসিবো ৱা মুন্না তাথোনে, করি মরমদগী থাইনৈ হাঙ্গৈবগেনে ? ইবেম্ম ইপাদা তম্মু হাঙ্গৈতুনা মপানা হৎলে। চমফুটকা উতিগা থোংবদগী খৎনরকপগী ৱা অত্ত লোইনা তম্মে। মাতু তাবদা মকুনা হাহ চুমদ্রদো ইমারু হাইবা উতিগা চমফুটকদনা মী পিজবা হৌনদে, অর্দ্দালি য়াওদে। মনেমস্থু অর্দ্দালি য়াওদে হাইবা অতুদা ঙকলে, হাইরকই—আর্দ্দালি য়াওদে হায়বদি করিনো ? মকুনা হাইরকই তাও ৱারি লিগে—

থাইনা মমাংঙৈদা হস্তিনা হাইনা কৌবা লৈপাক অতুদা দুর্য্যোধন হাইনা কৌবা য়াম্না চাওবা নিংথউ অম পাল্লমই। নিংথউ অস্রিগী কোন্নুংদা সৌমি কৌবা অমগা ঔমি কৌবা অমগা মুনি অনি চতুর্মাস্য ব্রত পারনা তৌগে হাইদুনা লাক্লে -

জন্মেজয়—মুনিদেব মহাভারত আদি পর্ব্বগী পয়লা নম্বর ৱারি লিনি হাইরগা ভারতকি ৱারি য়াওরেনা।

জৈমুনি—চুমই মহারাজ, ঐস্থ হাঙ্গৈরক্কনি হাইনা নিংই, ৱারি অসি ভারতা ভীম্না মুনিশিংদা লিখিনা অবিবা ৱারি নত্তে। অতুগা ভারত হাঙ্গৈবা লীলা অসিদি দ্বাপুর খুদিংগী শান্নবনি মহারাজ, হুজিক ৱোইররিবা দ্বাপুর অশিগী মমাংগী দ্বাপুর অমগী ৱাস্থু নত্তে; অতুনা পয়লা নম্বরনি।

জনমেজয়—ফরে; মুনিদেব, মথা তাবিরো।

কৌরপকি খুপ্পু ৱাবনা চিন্থান লাম্ব ফংদ্রে। সৌকুনিগী পাউতাক মতুং ইন্না ভীমবু বামন সবা তৌনবা হাইজরুবে, ভীম য়ারে। সেবা ইহান হানবা নুমিত্তা ভীম্না মুনিদা কবি য়েনশাং চাগদগে হাইদুনা হংবদা মুনি অনিনা মথল মথা ভয়াম্বা য়েনশাং থারে। ভীম্না হাঙ্গৈ মুনি অনিমক থারিবা য়েনশাং ময়াম অতু ঙসি হউবা নুমিৎ অসিদদি অমতা চাবা য়াদে; ঙসিদি য়েনশাং নিংথৌ চাগদবনি। য়াইমা য়েনশাং নিংথৌ হাইবদি করিনো তো হাইদুনা সৌমিনা হংবদা ভীম্না হাই য়েনশাং নিংথৌ কৌবদি চমফুৎনি, মুনিদেব। হে মতুনা করম হাঙ্গৈনা য়েনশাংগী নিংথৌ ৱোইরিবনো ঐথোইদি থংদেনা নংদি কনাদগী তাঙ্গৈ। ইবুধৌ ভীষ্মনা মমা ইবেম্ম গাঙ্গাবু পোকপী মবেন্না লিরম্বনি, হাইদুনা ঐথোইদা লিবিবদগী তাবনি হাইরে। অতুদি

তো তারসি। "তাবিযূ" ভীম্না হাই গোলোকতা শ্রীনারায়ন য়াম্না কম্না হকচাং ইরে, দেবলোক, সুরলোক, মর্ত্ত্যলোক পুম্নমককি লাইগী দক্ষ, রক্ষ, পুম্নমক্কী মাইবা পুম্নমক্না ইরাংলে পুজা তৌরে, থৌ-ৌরে, পুকশুরে, তৌরিবা পুম্নমক নুংদা ইশিং চাইবগুম থোকলে। লাই কোটী কুন্থ্রাহুমদোই গোলোকতা তিল্ল; মহয় মহয় পুম্বাইনদুনা ফমলে। মন্দিবদগী থোরকপা মীদা অবস্থা করম তৌবগে হাঙ্গদুনা হংবা নত্তনা কবিগুম্ব' অমত্তা তৌফম খংদনা লৈরে। লক্ষ্মী দেবী মশম মনা ইফা ফান' অচাওবগী মতমগুম্না সুমাং মাঙ্গোল চংলে। শ্রীনারায়ন মীশক খংদ্রে লাইগী ধ্বনন্তরীনা শ্রীনরানগী থউরাং লোইরো হাঙ্গবে; মাহুগী মতুং ইন্না থাংপোক লোইরে, মাইবগী মরা মতুং ইন্ন' থাংপোক থাংগৎলে বসুধার তৌরে। মতম অসিদা ব্রহ্মা লাকলে—হাঙ্গরকই করিনো জগৎকি সৃষ্টি স্থিতি প্রলয়গী মপুবু সিবা হৌনব্রানে অচাওবা চাক্তা চাঙ্গরদনা, মাইবনা ব্রা অদু তারদনা ব্রহ্মাদা হাইরকই—সিব হৌনদে, হাইবসিবু মিহুন লৈত্রবসু লৈখিগদ্রা? ব্রহ্মা চংচকই—য়েংই। অওইব ব্রোইনা নারানগী অবস্থাদু ফত্রে। ব্রহ্মা ব্রা চাংদে মপান থোকখ্রে। থল্লি, নারান্না শান্নগে হাইরিব' অসিদি করিনো। মতম অসিদা মহাদেব লাকতুনা, ঐ হৌজিকতগীনা হয়েং ফাওবা য়েংগে হাঙ্গদুনা তৌবনি অদুবু চফমখিত্তং লৈরবদি ঐগী খুৎ থাবা য়াগনি। মহাদেবগী ব্রা অসি তাবদা নরান চাক চাগে হাইদুনা হাইরকই। নুমিৎ হুম্নি ব্রা চাংদনা লৈরবা নরান্না চাক চাগে হাইরকপা অদুদা লাইয়ামগী নুংঙাইবগী ৬মথৈ লৈত্রে। লক্ষ্মি লুকহৌরে, মথেন মকোইগা লোইননা পুশল্লি। নরান মদু উবদা ওগে তৌরে; পুথোকখরো

হাঈতুনা পুথোকখরে। সোরারেনগী, বরুনগী কুবেরগী পূজারি অহুম কৌতুনা মথন মথা অয়াম্বা মথেন মথেন খুদিংগী মন্নুংদা মথঙ্গ মথা অয়াম্বা মথোং থোংতুনা পুশিল্লকপা সাঈ, কান্নদে, নরাম্না মিৎচিনা য়েংদে। মতৌ অস্তুম তৌতুনা মাইগৈ ঙাকপা লাই নিপানগী পূজারি ময়াই চমলে। দ্বীপ তরেৎকি পূজারি কাপ তারে, খণ্ড মাপনগী পূজারি মমাই থিরে। লাই অমনা হাইরকই। চিংনা ইকোই কোইবা হুজিক্তি নোংপোক হাইরগা খংনবা মতুংদদি মণিপুর হাইরগা খংনরক্কদৌরিবা, মৎস, মাংস, মদ্য, মুদ্রা অমসুং মৈথুননা মথোইগী ধর্ম্ম ৱোইবা, মর্ত্যদা বৈকুণ্ঠ হাইরগা খংনবা, দেশ মচা অতুগী চাক অতুদি দ্বীপ তরেৎ খণ্ড মাপন মক্তা লৈতে। মাতুগী চাক অতু কৎশিল্লবদি শ্রীনরান হাবা য়াই। ৱা অতু তাবদা নারদা পন্দে মণিপুর য়উখ্রে। মতম অতুদা মণিপুরদা নাওখম্বনা পাল্লম্মি। মুনিবু উবদা মহারাজ সিংঙাসনদগী হৌগৎতুনা তগোক তরাম তউতুনা মুনিবু পুজা তৌরগা মুনিনা লাকপগী মরম হংলে, মুনিনা লাকপগী মরম তারবদা মহারাজ স্না বুদ্ধি মুন্না তউরগা ঠাকুর অমুয়াইমা কউহল্লে, হাইরকই, পূজারিহন, নরান হকচাং ঈরে, মণিপুরগী চাক অসি কৎশিল্লগা খর হাব য়াগদরা হাঈতুনা নারদ লাকইবনিদো। বুদ্ধি তৌ, অতুগা অজ্ঞামকনা লেংতুনা লুক থোগন তৌরু। অমুয়াইমনা হাঈ—মরাইনা চাজনি, ঙসিদি ঐথোঈগী অসিদদি অস্তুক নিংথিনা হারিববু, মতাং তৌরিবনি। নারদ মমিক্তা মপি তাই – ভক্তগী ৱাঙাং অসি ফজৈদা, খল্লকই সোইদে মানা হৌবা লুকতগী নরান ফনি। মাগী মৱাদগী খংবদি মানা নত্রগা নাওখম্বনা লাৎপা নারানদি য়াম্না নিংথিনা লুক হাবা তারে। পূজারি বুদ্ধি ঙহাক তৌরগা ৱালহৌক্কম চংখ্রে পুঙ-

অমগী মন্নুংদা চাক লোইরে। চংলে হাঙ্গৈদুনা মহারাজগী অজ্ঞা লৌরে। মহারাজনা, গোলুকতা নরান্না হানবা লুকপু অস্তুক য়াম্না থুনা লোইত্রনে, হাইরকই। অনাবগী চাকপু ফজনবা থোংব্রা, অনাবনা চাগদবা য়েনশাং অম থোংলগা লোইরে, হাইরম্মগা অমুয়াইমা খদাংচেৎ লাকতুনা ফৈজোম তাথৎতুনা নরানগী লুক পুদুনা গোলুক তাম্না চংখ্রে। নরানগী মাঙ্দা ৱাই থর তৈথোক্লগা নারেংবা দুহোম্না ইশিং থিল্লে, লৌবুক-তোংবম অমুয়াইমা শম্মানা লুকখুম ফি হাইদোকতুনা নরানদা তুলশি পত্রগা মন্ত্র শোন্দুনা কৎপদা নরান মনাঙ্গৈ অমুয়াইমগী মখুত্তগী চথোম অহুম লুক হারে। নরান ৱা ঙাংলে, মহাদেব পুক থোগন তৌখ্রে। পূজারি অমুয়াইমগা নারেংবা দুহোনগা মমাই পাকনা মন্দিরদগী থোরকপদা নুঙাইবনা ময়াই কারবা হরাওবনা ঙাওরবা লাইয়াম্না হংই—করি য়েনশাংনো ঠাকুর নংনা শ্রীনরান্দা কৎপদে, হাইবদা অমুয়াইমনা চমফূৎনি হাইদুনা খুমই—লাইয়াম য়েংই—মিতয় চেং অঙউবগা হঙ্গাম চমফূৎ অমগা খোংদুম চমফূৎ অমগা উরে। লাইয়াম্না হাঙ্গৈ ঙসিদগী পৃথিবীগী ফউ পুন্নমক্কগী মান মকোক ৱোইরসন্নু, মমিং ফউরেন কউরো, অদুগা নরানগী জীব কল্লবা চমফূৎ কোবা য়েনশাং অসিদি ঙসিদগী আর্দ্দালি অম পিরো, অমেৎপনা মাগী আর্দ্দালি ৱোইহল্লো হয়েং তুংদা চমফূৎ ফূৎলগা অমেৎপা য়াওদ্রবদি ইমুং অদু মনিন নাইবা ৱোইরসন্নু—হাঙ্গৈনা লাইয়াম্না চমফূৎকি আর্দ্দালি পিখ্রে; অদুগা য়েনশাং পুন্নমককী নিংথৌস্নু মানা ৱোইরসন্নু হাইনা হাঙ্গৈখ্রে হাঙ্গৈদুনা ভীমনা সৌমি উমি অনিদা চমফূৎনা য়েনশাংগী নিংথৌনি হাইবদু মুনি অনি য়াদবা ঙমখিদে; অদুনা তাও নংগী নচা মুপীনা লাইগী য়াথং হিকতোকতুনা

চমফুৎত' অমেৎপা য়াওদনা পিজরুরে. লাইগী ন্নায়েন্না থৎনবনি, ইমাক কৌরু হাইদুনা লাবয়বু কউহল্লুরে। লাবয় লাক্লে ; মকুনা হাঙ্গ অতো ঐগী ই'গা অসে মমানা চান্না য়োক'পদগী থর তোনাম্বনি শাউনু হুজিক চাক চারগা ইচ' অসে পুদুনা চৎলে'। লাবয় চাক চাবে। নুমিৎ অহু পুণিমা নুমিৎ থোকলে লাবয়ন' মশেন্দা ইশেন, ঙসিদি নোংদোন লোকত' কয়গী উৎসব য়েংউসিন ; কয় ইবাই হাঙ্গদুনা মশেন মবাই নোংদোন লোক তম্না' ফয় উৎসব য়েংবা লাকলে। নোংদোন লোক্কী উ অমগী মথক্তা লাবয় মশেন মবাই কাবে, লাবয়না মশেন্দা, অতো নশা অহু খুদৈনা উশাগ' লোইননা পুনশিল্লু হোবেন কয়য়াম খোংলকপদা থকৎতুনা নহাক তাখিবস্তু য়াই। মশেন থম্নোইদে, উফয় অচোবা অমদা যমদুন' তুমিন্ন লৈবে ; ঙহাক লয়রগা কয়জাও অনিনা শন লাব অচোব অম চিংদুন' লাকম্লে। ঙহাক অমুক লয়রগা মথং মথং কয় ময়াম তিল্লে। কয় লাবা অমোম, কয়জাও, কয়মু, কবো কয়, কয়শাল পুন্নমক ইকোই কোইন ফমদুনা শন অহু চাবা হউরে। ময়াম্না য়'ম্ন' হাওন' চাবিঙয়গী মতমদ' অসাই নাপেৎ লাবয়গা উন্নথিবা কয় অদুন ঐনা তউরিবা অসি ইপাগী ইমাগী উৎসব ককাক অমত্তা নত্তে, হাঙ্গদুনা মানা নাপেৎ উন্নবগী ন্নারি অহু লোইনা তমলে. মহু তাবদা কয় ময়াম অহু ময়াং থেকতুনা মমৈ থাংগত্তুনা হে, লাকচৈদা হাঙ্গদুনা থেকতুনা লাওরকই, মাহু তাবদা অমস্তং মুক্তিশিং অহু উবদা লাবয়গী মশেন অথুকপা হউদুনা উথক্তগী নানথখিদুনা কয় ময়াম্না চারিবা শন অহুগী মথক মক্তদা তারে। কয় ময়াম অহু শাউবা তোকতুনা ইঙক ঙকনা য়েংদুনা লয়রে। মতম অদুনা লাবয়না লাওরকই 'ময়াম্মক ফারুদুনা করি

কান্নগদগে থ্বাইদগী চাউবা অতুমতা মফাও, মচিঞ্জাক হুনবা ঙম্মোই। কয় অতুদি লাবয়গী মথোন থংবনিনা হাঙ্গৈনরিবাতু অসিদা লয়রেনহাই হাঙ্গৈতুনা মানা মাং থাতুনা চেনখ্রে। কয়য়াম পুম্নমক মফম মরাং থংদনা চেনখ্রে।

মফম অসিদা পাখংনা ৱারি থনজবা পুং অনি ফারে। সংগাই শংবা লালুপচিংবনা নিপা মচা তোকচরো, হাঙ্গৈনা তাকপিরে। শ্রীযুৎস্থ থোদেমতুনা চেপখরে। পাখং মপান থোকখ্রে—অকাবা থউগন মচানা ঙসিগী মাগী ৱারি অসিদি নুঙাইখ্রদা, মসি মজা ইবেম্মা লৌথিবা তায়ে, হাইতুনা ঙাংনহৌই।

৫ (২)

নুমিং ফকলাং কুমগদোরে, মরম-ৱোকপী নুপী পুম্নমক মাগী মাগী ৱাইরম কোল্লিক লোইতুনা শিন থারে। কালেন থোইবা লৌউবা অর তিতি লাওতুনা শঙ্গোৎ থোইবা হোৎনরি। সঙ্গোম য়োনবা খুপ্পুনা কোঙউ খুত্তা পাইতুনা সঙ্গোন সঙ্গোন খুদিংদ সঙ্গোম সুম্বা ঙাইনরি। লাইরিক লাইস্থ তম্বা অচাংনা ওঝাগী ময়ুম নত্রগা স্কুলসংদা লাইরিক তম্বা হউরকলে! কৈথেন কাবী নুপীনা অয়ুক কৈথেন নংনবা খোংকাপ কন্না অয়ুক কৈথেন পাংলক্লে। মতম অসিদা লাইথন তাবা য়ুম অমগী মাঙ্গনদা পুলৈ কুচুনা লময়োবী তোংগানবী শমলাং কোইকক্লবী লৈশাবী অম করি তউরিবনো হাইবা হাইফম থংদনা লয়, লয়শাবী অসি হঙ্গামপানগী পুঙো ফনেক অম শেৎলি। লৈশংবা ফিতুপ অম ইল্লি, ফরাংজি খুদোন থোংউপ অম তোংই, লয়শাবী অতুগী ফজবতু উবদা মুনথিতুন মানা তোংবা থোংউপ

অহু মতোন কোনথৎপরা, চুম্নগী অতিংবিরা হাঙবা কনা অমত্তনা হাইবা ঙমদ্রে। মমিৎনা শজি মিৎতানি; মচিনবানস্থু, তবা তবাই; মথনাওগী তরু তরুবা অহু উবদা ইশিং য়োৎপা "উগদবগুম" নিংই। মনাতোনহু ময়াং মুপীগুম্না তুমদে, থোইনস্থু পাকথদে। অসিগুম্বা নাতোন ৱোইরবদি ফজনি হাইবা অহু চপ চানা পাল্লি। খজাইদা ইম্ভোরকইবা পূর্ণ যৌবন অহু নাপ তাব শমলাংনা ফাবা ঙমদহুনা কাংথৎনা থাংই। মিৎথাদা—পিদাফমদি য়েৌদনা শমক্রু অম থুংই। মাহু হাঙনিঙাই লৈতনা লৈশাবীগী ফজবা অহুবু থৌগৎলি। খদাংস্থু মাইথোংনী শরুক শরুক্কী ফজরিবা অহুগা চাংদম্নবা য়ানা অহুমক ফজৈ। শম্না কপলাক য়োৈই কোমগোমনা নঙন ৱাইদা অমত্তং পুল্লি। খুনিংনা তঙাং তঙাং খুকুম থোংদা পুমৱোই ৱোইদ্রগা খুরুম থোং-দানি। পামবোম্না থম্বৌ মতাং মাল্লি, অহুগা মখুৎনা থম্বাল লয়কা মাল্লি। লৈশাবী অসি অহানবদা লাইরিক পাবম্মি, অহুদগী মজা সাই; ঙহাক লৈবগা ফি লোল্লি, ৱাথল য়াম্না ৱারবা অম থল্লিমাল্লে হাইনা নিংই। মতম অসিদা সেম্ন লাকতুনা ইবেম্ম ঙরাংদি পাখং অম লাকতুনা ৱারি লিববু ঐথোইগী মহারাজ থৱাই য়াওনা তাখ্রে হাইদা।

লৈশাবী— করি লমগী নিপানি হাইবগে?

সেনু—মনিপুরগীনি হাই—

লৈঃ—কনাগী মচানি হাইবগে?

সেঃ—নিংথৌ মচানি হাই।

ফরে চৎলো হাঙহুনা সেনুবু থাখ্রে। উরগা লৈশাবী অসি স্তাম খিত্তং তানা উই। লৈশাবী অসি ফমহুনা লাইরিক পাখ্রে।

নুমিদাং ন্নাইরম পুং ৫ তারে ঙরাংগী বন অহুদা পাখং অহুবু মউ অহুনা ন্নারি তম্বিরি লৈশাবী অহুস্মু মনাক্তো ফমহুনা অহুমক লৈ।
মউ—লমহুইগী মতু অতোম্বী অহুনা করি হাইবা ইবেম্মা ?
লৈশাবী—তানিংদ্রেদা ; ঙাওখৎলকইবা অসিবু!

নিংশংলকলে, হাইহুনা মউ অহুনা ন্নারি অহু লোইনা লীবিরে। পাখং চৎখ্রে।
লৈঃ—ইচে নংবু ঙাওব্রা ? ইফোং ফোংনা হংলকইবা অসিবু ?
মউ—কয়দোগেনে, ইবেম্ম ঐখোই প্রজানে প্রজাগী মথউদি নিংথউগী মদৎ তউবনে! ইবেম্মবু প্রেজা নত্তবরাও ?

মুমিং তারে পাখং লাকলে। শ্রীযুৎ লুক হারে ফমজাওদা লেংখৎখরে। ঙরাংগী ফমফমদা ফমহুনা পাখং ন্নারি হউরে—

মতউ অস্মুম তৌনা কয় ময়াম কাইহুনা চেনখ্রে। লাবয়গী কয় অসি ময়ুম তান্না হল্লকই মপুকনিংদা য়ান্না ন্নানা, কয় ফাবা নিপা অসি ঐবু থিবা তোকত্রিবোরে হান্নীনা খন্দুনা লাকই।

অসোমদা লমহুই লাবা, অমোম অম চোইচৎ চত্তুনা শান্নরুবদগী লমহুই অমোম মশা লুমলক্লুহুনা শাবী ইবুঙো লোয়ম্বা ননাওগী নাওয়েক লাকলে ম্লুম য়উবা ঙম্মরোই, করম তউনি হাঈহুনা লমহুই লাবদা হাঈরকই। ন্না অহু তাবদা লমহুই লাবনা অসিদা লয়রসি হাঈহুনা ফজরবা বন অমগী মন্নুংদা লয়বা নাল্লবা মোংশোং অম তাকই। ইবুংঙো মসিবু কয়গী মকোন মাল্লি, ইশানগা লুম্বদা কয় লাক্লবদি জুগোৎ চারোই হাঈজৈ। তুমিন্ন লৈয়ু, হাঈহুনা লমহুই লাবনা লমহুই অমোমবু কয়গী মকোন অহুদা লয়হল্লে। মহাক্ন খর লাপতক্ল বুদ্ধি তউহুনা লয়। মতম অসিদা লাবয়গী কয়, মকোন তান্না লাকহুনা

মাগী পরিকোরদ চঙলক্লে। মতম অহুদা লমহুই অমোম কয় লাকপা অহু উই ; মাহু উবদা লমহুই অমোম কয়দউনিঙাই লয়তহুনা লাইগী জাত্তা খোংবাল্লাই তিংথাক ফাওবা থুরুম্মে। লমহুই লাবা অহু কয় লাকপা অহু উরে। হে, তউরিবা অসিদি মাংলেদন, ঐগী মুপিদি হুজিক্তা অঙাং পোকই। চেনবা ঙম্বা পোৎ নত্তে, ইচাদি কয়গী মথয়াত্তা তাথিবা তারে, করম তৌনি হায়হুনা খল্লিঙৈদ। কয় নকশিল্লকলে। নত্রে হাঙ্গৈহুনা লমহুই লাবা—লাপথ্রবা থব্লাইনা থমথিবা হাঙ্গৈহুনা ইশয় শকপা হউরকলে অহুগা লাওরকই—হাই মুপী হৌনবী থংদবী হয়েংদি অব্লাং লয়কাইদা পেনা ফাংনগদৌরি হাইবা থংদ্রা, অঙাং কপহনগমু নহাই।

অমোম– নচা নিংঙাই চাওবদি থংদ্রগা ঐনা কপহনবরা ?

লাবা—করি করি অচা অথক অহুক য়াম্না লয়বহু পিজউদনা !

অমোম—অমতা হেক চাও হাঙ্গৈবা য়াদে কয় চাগে হাইয়ে —।

লাবা—কয়বু ব্লাৎপরন হাই। ঙরাং সরকাশকি ফারকপা অমা শিহুন
ননাক্তা লয়বহু করি তউরবগেনে ?

অমোম—হে রাধে, মাহুবু চাও হাইবা য়ারবদি করি ব্লারুগনি। ঙরাংগী
অঙুদস্থু নত্তে নহানগী অহুমস্থু লয়রিনে !

মতম অসিদা কয় লেপ্তনা ব্লাথল তউই, লমহুইশিং অসি সরকাশকি দমক কয় বাঙ্গি তউরিবা খুপ্পু অহুগা অমত্তা রোইবা তাই !

লাবা—অহুবু করি, তৌগে হাইরিবনোনে ?

অমোম—হে ! ইবুঙো মীনা ঙম্বা ব্লা নত্তে ; কয় অহিংবা চাগে হাঙ্গৈরিয়ে!

লাবা—( থোন শোন্থনা ) তুমিন্না নৈয়ুনে। ইচা নিপা অহনগীস্থু কয়
অহিংবা চাগে, হাঙ্গৈরকতুনা য়াম্না নংই হাঙ্গৈহুনা কয় অম

মোইথেম তউথুনা পুরকপদো য়োরকলেনে। হুইথৌ ময়াম্না কোইবা ঙহাকতা ঙাইবেনে থুংগদবা !!

ম্না অসি তাবদা কয় কোইয়েং য়েংই। উনা ম্নানা লাংদোন থর থর লেংবগুম তউই ; চুমইনা ঐবু ফাগে তৌবমাল্লে হাঙ্গিথুনা কয় তুং হন্না চেনখ্রে।

মানা চফিং ফিংনা য়াম্না থকৎনা চেল্লকপথু য়োং অমনা উরে। করি তউরে ইতাও, হায়না য়োংনা হংবদ কয়না লমহুইনা হাইবা ম্না পুম্নমকতু তম্মে। মাথু তাবদা য়োংনা য়াম্না নোকলে, লমহুইনা নংগী নকোন্দা মচা পোকপথু কাঙ্গিদংবা ডাঙ্বা ম্না অতুবু নংনা চাম্নন লৌবা, ইতাও কয়, নংসিদি পংইদা। কয়না হাঙ্গি, ইতাও. লমহুইসে ফাগি তউরুম্নু। মমাংঙৈদস্তু, ঐগী ইপাবু লমহুইনা লউশিং তউথুনা চাখিন হাই। মাতুগী ম্নাবিথু লিগে তাও।

অম্নাং পুরুমগী অমু থুল্লাকপা য়াম্ন শাউবে ; মবমদি মাগী ওক য়েন কয়না নিতিগী চারে, থুন্দিন্নবে। থুন পুম্নমক লেপ্পবে, হাইগৎলাং থাকলসি হাঙ্গিথুনা হাইগৎলাং অনি থাকলে, অমনা তরেৎ থুনগী ফুর্জ্জু ময়াদনি। পুরুম থুনগী ওক য়েন চাবা কয় নিতিগী মতমদা লাকলে। ফুর্জ্জ য়োবকপদা য়েন অম লৈবম্মি, এঃ ঙসিদি ইনক নক্ল য়েন লৈরমমেদনা, ফবেদা লাপ্ন চক্রবস্তু য়ারে হাঙ্গিথুনা য়েন অথু লোগে তৌবদা হাইগৎলাংনা কয় হাইগৎখবে। করি তৌনিংঙাই লয়তথুনা কয় লাংদ থুথুনা লয়বে। কয়বিথুনগী মোনেপা তাইজেপ কাইগে হাঙ্গিথুনা অয়ূক অঙনবদা লাকপদা হাইগৎলাংদা থুরিবা কয় অথু উবে, কয়নস্তু উবে—হাঙ্গিবকই ইতাও নং ঐবু লাং অসিদগী থর লৌথোকপিয়ু।

মী—ঙম্মোই, নংবু ঐনা লৌথোক্লগা নং ঐবু চাগে হাঈগনি।

কয়—হাঈরোই ইতাও শরিসো! থবাই কনবিবা মীবু চাবা হৌনবরা!
ঐবু অঙাওবরা?

মী— নং ঋাশকউ অহু ওইরবদি।

কয়—নংনা ঐবু লাং অসিদগী লৌথোকপিরগা নংবু ঐনা চাগে হাঈ-
রবদি ঐ ইথা পোনবগী ময়াদা চৎপা ঋোইসন্নু।

মীনা ফরে ফরে হাঈহুনা হাইগৎলাংদগী কয়বু লৌথোকপিরে। লাংদগী হেক নানথোকপাগা কয়না মী অহুবু চাগে হাঈরে। মাহুদা মী অহুনা করি ঋানো ইতাও নং ঐবু চারোই হাঈহুনা ঋাশকখ্রবা নত্তরা। অহু তাবদা কয়না হাঈরকই কয়না মী চারোই হাঈনা ঋাশকপদা থাজরিবা নংবু করম্বনো; শাদগী হাওবদি মী, শানা মহেক্লেনা, ঐ চাদবা ঙম্মোই। নং ঋাশকথিবা অহুদি নিংশংউ হাই, হাঈহুনা মীনা হাঈরে, মাহুদা কয়না হাঈরে, ফরে জীব অহুমদা হংলসি চাবনা চুম্বরা চাদবনা চুম্ব। হাঈহুনা, মখোইনা চাবনা চুমই, হাইরগা চারগে চাদবনা চুমই হায়রগা চাররোই, ঋা অসি হাঈনরগা কয়গা মীগা খুৎ শম্নহুনা ঋা হংবা লাক্লরে। থর চৎলগা শল লাবা মপাশা অম লয়রম্মি।

কয়—ঙাইখো হাই ঋা অম হংনথিগে।

শন—করি ঋোইরনো তাচৌববু?

কয়—সে ঐ অসে হাইগৎলাংদা থুক্লরে; মী অসি লাকপদা ঐনা মাবু লৌথোকপিয়ু হাঈ, মাহুদা মানা লৌথোক্লগা মাবু চাগে হাইরক্কনি ঙম্মোই হাঈজৈ। অহুদা চারোই হাঈহুনা ঋাশকলে। মাহুদগী মানা লৌথোকপিরে। মহুদা তাইবং মী হাঈবা অসিনদি

য়াম্না হাওবনিনা চাগে হাঈবদা মানা আপত্তি তউরে। মাহুদগী জীব অহুমদা হংলশি হাঈহুনা লাকইবনি, চাবনা চুমইদনা ?

শন—চাদবদি, তাইবংমী হায়বা জাৎ অসিদি শন ঐখোইবু হেক পোকপগী ইমাগী খোম ফাওবা পুক থন্না থকহন্দে, চহি ৩ চংলকপদা লাকপ কউই হাঈহুনা লাক্লগা শম্বোৎ খোইনরে, শম্বোৎ লোইরগা কাংপোৎ, গাড়ী চৌংনৈ ; অহুদগী শক্তিক অম ফাওবা হৌদবা কংখ্রবা নৈপাক্তা থাহুনা ঐখোয়বু য়োনথোকই। চাবনা চুমই, চাও।

মী—করিনো শন নংগী বিচারসিবু নংনা তাইবংমী মুংশিদবগী ৱা ভাক্তা ভাংলগা চাও হেক্তা হাঈবা অসিবু করিনো ? মাহুদি বিচার নত্রেনা।—

শন- তাইবংমী, নখোইগী মতম চানা শেল থোদে হায়হুনা শেল মাংহনবা ; শাক্তি মতিক চাদে হাঈহুনা মীহাৎপা থাদোকপা ; অহুগুম্বা আইনগী বিচারহু ঐখোই পামদে; ঐখোইগীদি জগৎকি অতাবী বিচারনি, ঐখোইনা পাম্মিবা-মীবু কয়না ফংলগা চাবা, মীনা ভম্মগা কয় হাৎপা, হৌনশানি। নংনদি লাংদা লৈরিভৈদা হাংহৌদ্রবনিনা শুজিক কয়না চাবা হৌনশানি, চাহল্লো।

কয়না কান্নররোই ইতাও চৎসি হাঈহুনা কয়গা মীগা খুৎশম্নহুনা অমুক লাকলে। থর চৎলগা শগোল অম উম্নরে। কয়না লাওনা কউহুনা, ভাইখো ভাইখো তোম্বা ইয়াম্বা ৱা অম হংগে হাঈরকই। শগোন্না—করি ৱোইরবনো তাভাং হাঈহুনা লেপই। মহুদা কয়না শন্দা হংবহুম হাইনা হংলে, মাহু তাবদা শগোম্না হাঈরকই—চাদবদি, নচিনজাক ফংলগা চাবা হউনৈ। মানস্থ ভসাই লাংদা লয়রিভৈদা হেক

হাৎহৌদেদো ! মাদু তাবদা বয়না হাঙ্গী, ইতাও য়াম্না চানিংলে, চারগে অম অমুক হংউদবস্থু। মাস্থু চাবনা চুমই মহাঙ্গীরক্কনি। করিগুম্বা মানা চাব চুমদে হাঙ্গীরক্কবস্থু ভোটনা কল্লবনিনা চাগদবা মরয়বে। মদু তাবদা মীনা হাঙ্গীরকই, ফয় ইতাও, অতুমকপু অহুমস্থবা জীবগী ৱাতদি তাখিসি। অসি হাঙ্গীতুনা অস্থুম লাকপদা লমহুই মকোন অম য়উ-রকলে। লম অতু লমহুইশিংন লমহুই কোনুং হাঙ্গীরগা খঙনৈ। লম অতুগী মাইকৈ মরিমক্তা বোকুন পাম্বি মরি হৌই। মোংশোং মচা মচানা পিক থল্লি। মনাপুংবা উজাং অমগী মখাদা লাংনা ইকোই কোইনা হৌই, লাংশিং অতুগী ময়াহ ইকোক কোবপা, নাপি ফাওবা হৌদবা লম অম লৈ। মফম অতুদা চারপাই ফজবা অম থাই, চারপাই অতুগী মথক্তা মোমপাক নিংথিবা থারগ। মোনচেপ অনি থাদুনা লমহুই লাবা হিপই। তেবাগী কম্পোব অবাংবা অমনা থ্বাং ফাওবা স্থুপই। ফি অপাবা অমনা ইনবগুম তৌই। মতু অহন্না কোকশিক শিকলম্মি, অতোম্বীনা খোং নোইরম্মি। কয়গা মীগা খুৎশম্নদুনা লাকপদু উবদা লমহুই মমাই ওন্থোকখ্রে, অদুগা মতুশিংদা নুংশং মরিদু কন্না নম্মুনহাই ইবে হাঙ্গীতুনা লাওবকই। মতু অহন্না তোম্বা চেকশিল্লু হাঙ্গীতুনা মতু অতোম্বাদা হাঙ্গীরবই। লমহুই লাবনা অকনবা ৱাথোক ওইবা তাই অহনবী, তোম্বী হুইশিয়াব। অনিমক ভাব তাজবে হাঙ্গীনা খুম্মী। কয়গা মাগা নকশিল্লক্নে, লমহুইগী ঝা-মাত্রু উবদা কয়, শন্দা শগোন্দা তোবগুম্না উশিত্তুনা হেক কউবা ঙমদে। কয় খুউখুদক কুন্দুনা মাম লাল্লুপচিংববু হাঙ্গীতুনা য়াম্না ব্যবহার তউনা কউবকই। লমহুই অহানবা খুমদে; মতু অহন্না থব লাওরপ হুঙ্গথল্লু হাঙ্গীতুনা ইঙ্গিং তোরকই। অমুকস্থু মাম লাল্লুপ-

চিংববু হাঈহুনা কৌরকই। লমহুইনা কনানোনহাই হাঈহুনা লাওরকপদা মীস্সু কয়স্সু থংলে। য়াম্না থুনা কয়না মামইবুঙোবু ননাই ঐনি হাইহুনা খুমই! লমহুইন মাই ওম্থোক্লক্লগা য়েংই অহুগা হাঈ-রকই হাইমা ইবুঙোতোন ঐদি খংদেদনা; করিগীনো মামদা লাকপদে (মীরোমদা ওনশিন্দুনা) ননাই অসিগা করি তৌনরবগে?

কয়—ননাই ঐ হাইগৎ লাংদা থুরে। নিপা অসি লাকই; ঐনা খর লৌথোকপিয়্ হাইবদ মানা য়াদে, মরমদি লৌথোকপিরগা ঐনা চাগে হাঈরক্কনি হাঈহুনা, ঐনা চারোই হাঈহুনা ৱাশকলে, অহুদগী মানা লৌথোকপিরে হুজিক্তি কয়না মী ফংলবদি চানিংবনা থাংবা চুমদ্রে, চারগে হাঈবদা মানা য়াদ্রে; অহুদগী জীবংগী ৱাদদি তাখিসি হাঈহুনা অস্থুম হংনরকপদা শন অমদা হংলে. শগোল অমদস্সু হংলে, মথোই লোইনা চাবনা চুমই ডাক্তা হাঈরে। মহুদা ঐনা অম অমুক হংউদবস্সু চারগে, মরমদি, মাম লাল্লুপচি বনা চাবনা চুমদে হাঈরবস্সু ভোটনা কল্ল-বনিনা চাবদা ইতা মতারে হাঈবদা, হংবদদি হংউসি হাঈহুনা লাক্করিবা অসিনি হাঈরে।

লমহুই—ইবুঙো তোনস্সু চারোই হাইহুনা ৱাশকখ্রবনিদনা?

কয়—মামোবু।

লমহুই—ইবুঙো তোন্না লাংদা লয়রিডৈদা মানস্সু য়োথোক্লা থাহুনা হাৎত্রবনিদনা?

কয়—মামোবু।

লমঃ—মী অসিদি মখুত্তা খুৎলাই য়াওস্রা?

কয় থাংজো অম য়াওই।

**লমঃ — উম্ চাবনা চুমই।**

মহু তাবদা কয়না তো মামোনস্থ চারো, হাঙ্গীরেদনা হাঙ্গীহুনা কয় অহুনা মী অহুবু চাগে তউরে। মতুদা লমহুইনা হাঙ্গী, ঙাইখো ঙাইখো ইবুঙোতোন, চাবা তারবদি নিংথিনা চাগনি। তাইবংমী মখোইগীদি মী অম শিব তারবদি সেসন ট্রাইয়েল হাইহুনা জুড়ি ককাক ক্ষমহুনা য়াম্না চেকশিন্না বিচার তউই, অহুনা লমহুইগী বিচারসিদি ফজদেদা হাঙ্গীহুনা তাইবংমীনা নোক্লথিনি—বিচার মুন্না তউশি; মী অমগী মথক্লাই মাংগদোরিবনিনা সরজমিন্দা তদস্ত তৌদনা হেক তউবা য়াবা বিচার নত্তে, অহুনা মফম অহু তান্না চংশি হাঙ্গীরে। মরক অসিদা অহনবীনা তোম্বীদা অতো নমিৎননা শিংউদোদ মহাই। অতোম্বী ফুর্জ্জুদা চত্তুনা হাইগৎলাং পানথৎপা লোইখ্রে।

লমহুই সরজমিন তদস্তগী যাত্রা তৌরক্লে। শালু অঙাংবা ফয়জোম কুঞ্জা থাদৈ। লশিংফি ওভার কোট অম লিংলি, পানথাও য়ান্দুনা নাদ লৈরি অঙউবা অনি থেংলি। মতুনা কুমলং ফুরিৎ লময়োবী লিংলি। কোরি শেঙ্গাও অম পাই; মতৈ মনাও থব্রাংনা চংলি। কয়গা মীগা তুংরোইরপ চংলি, তৌইগুম্বস্থং খুৎশম্নবদি থানদে। মী অহু মথক্লাই শিগদবদি কাওরহুনা নোকনিংবনা শিগদউরে। থব্র চংলগা সঙাই অম ওকনৈ। লাকইবা ঝামাত্তু উবদা করিনো মামহন তৌরকইবা অহুদে, হাইবদা লমহুইনা হাই লব্লাইমচা নংবু ঐনা সমন চংলু হাইরগা হুজিক্তা লাক্লিবোরে। মচিন্না অসি হাঙ্গীনা লাওরগা মমিৎ থত্তুনা সঙাইগা মখোই অনি লোইনা থংনথরে। সঙাইনা ননাই থৌগন ইঞ্জগনি হাঙ্গীহুনা সঙাই চংলে। মানা দোলাইপাবা রোইহুনা কোয়েৎ অঙাংবা হাপখ্রে।

ফুর্জ্জু য়ৌরে। হাইগৎলাং হান্নবা শেমতুনা লয়রম্মে। হাই নিপা নংনা করম তৌবা ? নিপা অতুনা হাঙ্গৈরকই ঐনা লাকপদা কয় অসি লাং অসিদা হাইগৎতুনা লয়রম্মি।

লমহুই—ও-ও লাং অসিদা কয় থুরম্মব পোৎ ৱোইরে। ইবুঙোতোনদি কদাইদা লৈরম্মি।

মী—কয় অসি লাং অসিদা থুতুনা হাঙ্গৈগৎতুনা লৈরম্মি।

লমঃ—ইহে হে! অসাই মথৈ মানা কয়, কয়, হাঙ্গৈরিবা অসিদি ইবুঙোতোনবু ৱোইবে, ঐ মক্কসু ইবুঙোতোন হাঙ্গৈতুনা ব্যবহার তউবি। মসিদি মচোং মপাক নাইদেদা। ইবুঙোতোন! ইবুঙোতোনবু লাং অসিদা থুরুরব্রনে ?

কয়—মামো, ঐনা অসাই মথৈ তমজরিবা অতুনি, ঐ লাং অসিদা থুরুরে।

লমঃ—নিপা অসিনা থাদোকপিরমব্রবদি হাওনা হাত্তুনা চাথ্রগদবা নত্রদো ?

কয়—মানি :—

লমঃ—ছঃ ছঃ ঐ কয়া থাজদে তাইবং মীগী, পাওরৌদা কয় মরুম শিংই হাঙ্গৈনরিবনি, ইবুঙোতোনমক্তা লাং অসিদা থুই হাঙ্গৈবসিবু করম হাইনা থাজশিগে।

কয়—মামো সোইদবনিনে!

লমঃ—অতুবু ইবুঙোতোন, লাং অস্তুক চাওবা অম লয়বা অসিবু ইবুঙোতোন্না কবম উত্রিবনোনে ? অতুগা মকম অসিমক্তদা ইবুঙোতোন্না করিগী চংউরিবনো ?

কয়—সে মকম অসিদা য়েন অম লয়রম্মি। ঐদি পুরুম হাওখুন্দা

ওক য়েন চাগে লাকপদা ইনক নক্লা য়েন অম লৈরম্বা অতুদা মুঙাইরতুনা য়েন অতু হেক পাইক্লুই, মাতুদগী লাং অতু হেকতা হাইগৎলি।

লমঃ—দোলাই পাবা, য়েনদি কদাই, সবজমিন্দা ঘটনা অতু নিংথিনা উদনা কবম তৌনা বিচার তৌবা য়াগদগেনে হাই।

খুতুক অতু মক্তুদা লমহুই অমোম ( অতোম্বীনা ) য়েন অম হেকতা থম্মি।

লমঃ—অসিদা ঐনা ঙকপবু লাংদা পাইরুবস্তু নত্তবা, য়েন অসিদা হেক শোক্লগা লাং অসি হাইগৎলি হাইবা অসিনা মহেল্লে ঐনা ঙকপা।

কয়—মামোদি হাইগৎলাং অমত্তা উবিদ্রিবোবে ?

লমঃ- তরা থোক্লা উরেনে, অতুদ য়েন পাইরগা লাং হাইগৎপা হাঈবা অসিনি ঐনা উদ্রিবা, মাতু উদনদি কবম্না বিচাব তৌনি, ঐ খংদ্রে।

ৱা অতু তাবদা কয় অতুনা চংতুনা অসিনিনে সে, মামো হাইতুনা য়েন অতু তাপ হেক পাইবদা হাইগৎ লাংনা কয় হাইগৎখ্রে।

লমঃ—অসিরহা কয়থিবোং, হাইগৎলাংদা থুবা হায়বদো ? নহাক নানথোক্লবা হোংনৌ, পুকম লাকলবস্তু ঐথোই থিংবিগে।

কয়—নানথোকপা ঙমদতুনা মী অসিবু খব লোথোকপিযু হাইথিবনি।

লমঃ—মা অহানবদা য়াদেদনা ?

কয়—মামো !

লমঃ—নংনা চারোই হাঈতুনা ৱাশক্লবা কান্দা লোথোকপনিদনা ?

কয়—মামো !

লমঃ—অতুদি নথব্লাই কম্বিবা মীবু চাগে হাইবদি চুমত্রা ?

কয়--চুমদে মামো !

লমঃ অতুদি নং লাল্লেদনা ?

কয়—লাল্লে মামো !

লমঃ নংনা চারম্মবদি মী অসি শিরগদবা নত্রা ?

কয়—মানি মামো

লমঃ মী হাৎপগী দণ্ডিদি হাৎপনিদনা

কয়—মানি মামো

লমঃ—অতুদি নংবু হাৎপগী হুকুম তৌবা তারেদো ।

কয়—করিনো মামো, ঐনা মাবু হাৎত্রেদনা, ঐবু করিগী হাৎকম লৈবগে ?

লমঃ - চুম্মে, নংবু ঐখোই হাৎলবোই, ওতুম্মক শিজরো !

কয় - এবু লাং অসিদগী .লৌথোকপীয়, ঐ মী চাজরবোই ।

লমঃ—মীস্তু ঐখোইস্তু নংগী নচিঞ্জাক ডাক্তনি । নপাঙ্গল হাঙৈরা নংমা হেল্লি । নংবু থাদোক্লবদি নংনা শোইদনা চাগনি হাঙৈবা ঐখোই লোইনা তবং তরং থই । ঐখোই তাইবং মীগুম্না অপংবা জাৎ নত্তে, থাদোকপা ডম্মোই ।

কয়—মামোগী বিচারদি অসিরা ?

লমঃ—মানি, নথব্লাই কনবিবা মীবু চাগে তৌবগী দণ্ডিদি নং ভসি লমহুইগী চিঞ্জাক রোইবা তারে। ( মীবোমদা ওন্দুনা ) চৎলো হাই অপংবা কৈনা মী চারোই হায়রগা থাজবা, নমা উরম-গনিদো ।

অসি হাঙৈতুনা মীগী মডকশম লাক্তুনা ইল্লকই । মী অতু মথব্লাই

হিংবা অতুদা মুংঙাইরতুনা ময়ুম তান্না চেন্নকই। লম য়াংথৈ অম চাম অমা চৎলগা হন্না য়েংবদা লমহুই অহুমগা সঙাইগা কয় অহু লাংদগী লৌথতুনা চাবা হউহউরে।

সে অসিনিদো লমহুইগী লৌশিং মথৱাই শিতুনা লয়রবা মী হিংহৌই, অতুগা হিংতুনা লয়রবা কয়না শিখিদো! অসিনা লমহুই অসিবু ঐ য়াম্না কিনে ইতাও য়োং!

য়োং— অতুবু পোকপদা ঙাইরিবা লমহুই অঙাং অতুনবু কয় চাগে হাঙ্গবা হৌনবরনে?

কয়— মাগীতুবু অহিংবস্তু হাই, মচা শান্নবা ৱোইরমান্লেনে!

য়োং—( খেক্লা নোক্লগা ) চৎশি ইতাও, হে সৈত্য, ঐ লমহুই অতু নমাংদা ফাবিগে, অতুগা য়োং ঐগী ইগুনস্তু খংহৌরো!

কয়— ইতাও “অতি দর্পে হত্তা লঙ্কা” হাইবা ৱা লয়বনি পংচাও চাওথোকস্তু। ঐস্তু ফনা য়াম্না লিরবা কয় অমনি। কল্লি চাওই খুৎকল্লি হাঙ্গতুনা চাওথোকউবদগী হৈবোংনা কবি থোকখিবা অতুস্তু কাওস্তু।

মহারাজ চেপতে। পুং তারে। অকাবা লাল্লুপচিংবনা অতো চৎচরো, চৎচরো হাঙ্গতুনা নিপামচাদা থউগন পাও তাকপিরে। পাখং চৎখ্রে, মহারাজ চেপখ্রে। থউগন মচাশিংনা, শোইদে হন্দককি নিপা অসিনা লউখিবা তাই, ৱারিদি ঙরাংদগী ঙসিনবু হেন্না মুঙাইনহাই। পাখং হনখ্রে। মা অতৈ খন্দে নিংথৌ মচা পামদে তৌশিল্লরে হাঙ্গবগী মতউবনি, মাবু ৱারি তম্বিবা মউ অতুগী মনাক্ত লেপ্পা লৈশাবী অতুতবু মহাক্লা উতুনা লয়; হয়েংদি হংলগে হাঙ্গনা খল্লে।

৬ ( ৩ )

নুমিদাংঋাই পুং ৫ তারে। নোং য়াম্না কন্না ভাই। মাইকৈ পুন্নমক পুম্মম মমই। নুংশিৎ অকনবনা মানা ঙম্মি হাইবগী মতাঙুম্না উ,-ঋা পুন্নমক পোরোক পোরোক নৈথেকই। উচেক পুন্নমক উনাপুংবা উদা তোংতুনা নোং থাংজরম্বদু নুংশিৎ নোংছুম্না থাংবা ঙমদতুনা পাইথোক পাইশিন তউরি। লম্বি চৎপা মী পুন্নমক ছাটিন্না থাংবা ঙমদতুনা লম্বি ময়াদা লৈবা য়ুমদা চঙতুনা থাঙনরি। ঙহাক লয়রগা নোং হাংলে, অতিয়া মুরম্বদগী ঙৌরুনরক্লে। উমংগীদি মথক চিংগীদি চিংমাই, লৈচিনগীদি মখাদা উরোক শঙ্গু শঙ্গু পাইরকলে। চিংমাইদা লৈবা লোকচপ্তুগী খোং-লাওরতুনা লৈভাংনা থল্লবা ইশিংনা ঙংঙ লাওরতুনা ঋা ঋা লাওনা চেম্থরকই। লম্বিদি নানবনা চৎপ য়াদ্রে। শনবি শন্নাও পুন্নমক উথা ঋাখাদা নোংখাংউবা ময়ুম মাইকৈ পাং-লকলে। শনশেননহাশিংনা মথোইনা পাত্তগী হোইরকপা শনশিংদু শুরত্রা হাঙ্গনা য়েংন য়েংন শন্দুং ইন্নরকলে। কৈথেন নুপী পুন্নমক লম্বী চৎপা অয়াম্বা নোংহৌ অমুক লাক্কদ্রা হাঙ্গতুনা ময়ুম সঙ্গাই তম্না প্রপ প্রপ লাক্লরে নুমিৎ অসি থাসিনি। নুমিৎ তাথ্রবদি অমম্বনা মপাং থেংনরনি হাইবা মী পুন্নমক থঙই। মতম অসিদা কনাগুম্বা তঙাইফদবা নত্তনা মপান থোকপা মতম নৎত্রে অমস্তুং কনাস্নু থোক-নিংদে।

তৌইগুম্বস্তুং মহৌশাগী বন অতুদা ঐথোইগী লৈশাবী অতুগা মউ অতুগদি লেপ্লুনা লয়।

লয়শাবী – ঙসিদি ইচে, মিতয় নিংথৌ মচাতু লাক্কনি হাঙবা কয়া থাজদ্রেবো!

মউ—করিগী ইবেম্মা ?

লয়—লম্বি অসি য়ৌনা নানখ্রবা, ঙহাক লয়রবদি মিৎ হন্দোকপা মথৈ মম্মগদবা লমদা অসিদবু কদাইদগী লাক্লগবনো।

মউ—মা ঙসিদা মঙাইরে। ঙসি অসি মঙ্গল ৱোইবদি নিংথৌ মচা ইবেম্মা অমত্তা পোকপী স্নাহনগী মরা ৱোইগদোরিবা নত্রাঙ ?

লয়—নিংথৌগী মচা ইবেম্মা অতুদি মহাক্তি উদ্রি। পাম্মি পামদেস্থু খংদ্রি, কদাইদগী অতুক মপুক থিংজিল্লমগবনো ? নিংথৌমচা ৱোইবগী নিপা মচা থৌদাং অতুক ময়েংবা হাঙ্গবা অতুনি। অতুগী মথক্তা মীস্থু নিংথৌ মচানে।

মউ—চুম্মি মাস্থু নিংথৌ মচানি.অতুগা মান মাগী দমক্কি হাঙ্গতুনা ৱারি লিজরিবা ইবেম্মা অতুবুস্থু মহাক্তা উদ্রি। মমিৎ তাংঙমগনি থংদে, মথোং তেকলমগনি উদ্রি। অতুনা অতুক য়াম্না লম হেজিনলমগনি হাঙ্গবদি থন্দে। অতুগী মথক্তা নিংথৌগী মচানিনা পামদে হাঙ্গতুনা হক থাইনবা য়ানি হাইবস্থু লৈতেদো। অতুম্নদি ৱোইরগা মহাক শোইদনা লাক্কদবা মরম অমদি লয়।

লয়—করম তউনা করি মরমগীনো ?

মউ—ইবেম্ম', মহাক ইবেম্মবু পাম্মিনে !

লয়—মানা ইচেদা হাঙ্গব্রনে ?

মউ—কদাইদগী হাইগদগে ! মাগা উন্নবা মতমদদি ইবেম্মস্থু কয়াও ময়াওই।

লয়—হোইনে, অতুদি করম থংহ ?

মউ—ইবেম্মা নুপী অমনা নত্রগা নুপা অমনা অতোপ্পা নিপা অমবু নত্রগা নুপী অমবু নুংশি নত্রগা পাম্মি হাইবা অসি থংনবা লম্বি লৈদনা।

লয়—করি লম্বিনো ইচে ?

মউ—লম্বি নত্তেয়ে, থোংনে।

লয়- থোং হায়রগা অমুক হেন্না খঙব্রেনে। ইচে ঐঙোন্দা হাঈয়ু হাঈবনি।

মউ—মিৎনে মিৎ।

লয় - মিৎনা করম তৌবা ?

মউ ইবেম্মা মানা ইবেম্মদা য়েংলিবা মিৎয়েং অতুদগী ঐনা খংবা ঙম্মি, অতুদি মানা ইবেম্মবু য়াম্না পাম্মি অমস্তুং মুংশি।

লয়—অতুদি ঐস্ত পাখং অতুবু য়াম্না মুন্না য়েংইনা ! হাইমা ইকাইজরেদা, ঐগী মিৎয়েংদগীস্তু নিপা অতুবু পামই হাঈরিনিকো !

মউ—চুমই ইবেম্মস্তু মাবু য়েংই। ইবেম্মগী মিৎয়েং অতুদগী ইবেম্মনা মাবু পামই হাইবা খংবা ঙম্মোই।

লয়—মিৎয়েংশি ইচে য়াম্না য়াম্মিবরেকো।

মউ—য়াম্মি। তিংনা য়েংবা মিৎয়েং অম, থোইনা মপুক্লিংগী ৱা য়াওনা য়েংবা মিৎয়েং অম ! ইবেম্ম, ইবেম্মবু পাখং অতুনা অকোনবগী মিৎয়েং অতুনা য়েংখিনে।

লয়—অতুদি মা শোইদনা লাক্কব্রা ?

মউ—উম শোইদনা লাক্কনি। ঙসিদি মহাক লাক্লগা ঐনা ৱারি তম্বিরিঙৈদা ইবেম্ম থোকপিখোকো।

লয়—য়ুম য়োরম্মগদ্রা ?

মউ—য়োবিরম্মো !

অসোমদা মিঙয় নিংথৌমচা, নোংনাচিংনগা তাবনে, হুমিদাং

ব্লোইরগা তৌরক্কদবা বিকারনে, থল্লু বদা চৎপা তল্লে। অতুগী মথক্তা মাদি জগৎ অসিগী মনুংদা কনা, অমতবু পামদ্রে। মাবু ব্লারি তম্বিরিবা মউ অতুগী মনাক্তা লেপ্পা লয়শাবী অতুতবু মানা পাম্মি। মপুক্তা লয়বা ব্লা অতুদি মানা হাঙ্গৈদোকপা ঙমদ্রে মরমদি য়াম্না লুখ্রে— অহানব মবম— লয়পাক অমগী নিংথৌ অমগী মচানুপী লৌনি হাঙ্গৈতুনা হোৎনরিবা নিপানা মতউ করম তউনা লয়শাবী মফম মরাং খংদবী অমবু অপাম্বা উৎকবাঃ— নিংথৌবু উশিত্তবা উৎপা থোক্কনি। অনিস্থবা মরম — নিংথউ মচা অমবু পাম্মিবা নিপা অতুনা লয়শাবী অতুবু অপাম্ব উৎপস্থ লয়শাবী অতুবু লংনবা থোক্কনি। অতুনা তউফম খংদ্রে। ঙসি চত্তুনা ব্লারি লিবদা ঙম্মে নিংথৌমচা নুপীবু লউবা তাবে, অতু ব্লোইরবদি লয়শাবী অতু ফংদবা তারে, চত্তুনা তোকলে লয়শাবী অতুবু ফংগনি হাঙ্গৈবগী করিগুম্বা থোং অমতা নত্রগা মরম অমত্তা উদে। অহোইনতুম লয়শাবী অতুবু উননবা লম্বি পুম্নমক ককলে। অতুগা কবিগুম্বা ঙসি অসি মঙ্গল ব্লোইবা থোক্লংদি লৈপাক অসিদা লয়তুনা লৈশাবী অতুবু উবদদি ফংগনি। অতুবু পুম্নংক্কী মথক্তা ঙসি চত্তুনা মউ অতুদা লয়শাবী অসিগী পরিচয় মুন্না হংউগে। করিগুম্ব খুদোং চাহনা লয়শাবী অতু ফংগদবা লয়রবদি ব্লারি লিবা চত্তবস্থ তোকথোক্কে। ব্লাথল অসি থন্দুনা পাথং খোংশানদোরকলে। লম্বি অনানবদা শিক্তুনা চৎপদ মতম খরদি চংই অতুমকপু ব্লারি তমফম বন য়উরকলে। মউ অতুগা লয়শাবী অতুগা লেপ্তুনা লয়রম্মি।

মউ — মজা ইবুঙো, থাজদনা লেংলকলেদা!

পাথং - ঙসিদি য়াম্না ব্যবহার ফজরম্মেদা করিননো ?

মউ—হয়েংদগীদি মমাক ইবুঙো কৌখ্রগদবনিনা, ঙসিদদি অমুক্ত

কউবা হৌনবা কৌহৌগে, নহান মথৈ ব্যবহার য়াম্না কাইক্লরে হাঙ্গদুনা তৌবনি।

পাথং—( মাই মকশিন্না ) ঐনা করম তউনা মমাক ইবুঙো ৱোইগ-দউরিবনো! করিগুম্বা মমাক ইবুঙো ৱোইরগবু ঐনা নিংবা থুংগদ্রনে ?

মউ—( নোকতুনা ) পুমথুং থুংডগদবনে। অপাম্বা পুন্নমক ফংগদবনে!

পাথং—থাজদে—

মউ —থাজৌও, জয়দা ওইরকলো। পুন্নমক! পুন্নমক!

মতুদগী মৌনা মিতয় নিংথৌ মচাদা ৱারি পুন্নমক মথংশিংনা তম্বিরে। ৱারি লিরিডৈদা লয়শাবী চংখ্রে। ৱারিদু লোইদুনা য়েংথোকখিবদা লয়শাবী লয়রমদ্রে।

পাথং--এঃ ফরেদা ; ইবেম্মা লয়শাবী অসি কনানো ?

মউ—ঐগী মরুপনি। করিগীনো অতুক মুন্না হংববো পুক্লিং তাবরনে?

পাথং—ফজথরেদা

মউ—নিংথৌ মচানুপী লৌনি হাঙ্গদুনা অশুক কন্না হোৎনরিডয়দা অসিগুম্বা লয়শাবীদা পুক্লিং চংউবা হৌনদে। তুমিন লৈয়ু।

পাথং -ঐদি ইবেম্ম, হাইবা ডমদদুনা তৌবনি. জগৎ অসিদা কনা অমত্তা পামদ্রে, লয়শাবী অসি উবদগী। লয়শাবী অসিদা ঐগী ওইনবা থৌরাং তউবিরো ; ঐ ডসি ৱারি লিবা ককাক করি অমত্তা চৎচররোই। ঈশ্বরন শেম্মকপদা ঐগী ইশাদা মী অম নুংশিনবা মচাক পিরকপা পুন্নমক ইবেম্ম অসিদা লোঙ্গনা হাপখ্রে। মী অম অমুক নুংশিনবা ঐডোন্দা মচাক লয়ত্রে। অতুনা করি তউরুনি ঐনা ৱারি লিবা অমুক চৎলুদুনা—।

মউ—ৱারি লিবা চত্তবা য়াদে। ঙসি অসি মঙ্গল ৱোইরবদি নিংথৌ মচাগীদি খংদ্রে, লৈশাবী অসিদি ঐনা সোইদনা পিগনি। মঙ্গল ৱোইদ্রবদি ঐনা পিবা ঙমদে।

পাখং—( য়াম্না ঙকনা ) ৱারি লিবা ঙম্বা মীদা লয়শাবী অসিবু পিগদরিব্রনে? অহু ৱোইরবদি অঙম্বা মী অহুনা নুপী অনি লোনগদৌরিবোরে?

মউ—অনি লোনবা খঙদে, অহুম লোনবা খঙদে, মঙ্গল ৱোইরগা লয়শাবী অসিদি ঐনা পিগনি।

পাখং—নিংথৌ মচা নুপীদি?

মউ—নিংথৌ মচাদি নিংথৌনা পিগদবনিদন!

পাখং—অহু ৱোইরবদি চত্তবা ইয়া য়াদেদনা।

মউ—হোই, লেংলো লেংলো ইবুঙো!

পাখং কোম্নুং পাংখ্রে। মফম অসিদা লাইরিক পাবশিংনা চিংনগদবা অম লয়রে। অহানবা পাখং অসি লৈশাবী অহুগা মউ অহুগা উন্নবা মতমদা পাখংগী পরিচয়দি মউ অহুনা লোইনা হংথি; তৌইগুম্বস্নুং পাখং অহুনদি করি অমত্তা হংদবা কবিননো?/ জগৎ অসিদা পাখং জাৎ অসি মথল অনি শুই। অমনা, নুপীবু হেক উবদা পঙাংদা ঙাংহুনা নুপী অহুবু শুমহুৎপা ঙম্বা, হকাইবা ইনাই নাইদবা অম; অতোপ্পা অমনা লথা অম নিংহুনস্নু নুপা অহুনা নুপী অহুদা থৱাই ফনা তাহুনস্নু নুপী অহুগী মশক হেক উবগা ৱা অমত্তা হাঙ্গবা ঙমদহুনা মানা নিংবা অহু সুপথুং হেক থুংদবা অম। হন্দক্কি মিতয় নিংথৌ মচা অসি অকোনবগী পাখং অসিগী জাৎনি। অহুনা হুজিক ফাওবা নুপী শিং অসিবু উরগা ৱা অমত্তা ঙাঙবা ঙমদে। অহুগা

অসিমস্থু চিংনবা য়াই মাতুদি লৈপাক অমদগী ফৌজ পুতুনা লাক্লপা মানা অসিদা লাকতুনা ন্নারি তশ্বিবা অতুগা নুমিদাং চত্তুনা ন্নারি লিরিবা অসি মাগী ফৌজগী মী অমত্তনা থংদ্রব্রা থংডবদি করম তৌরিবনো ? হন্দক্কি ফৌজ অসিগী নিয়মদি :— ফৌজগী মী পুন্নমক অয়ুক্কি পুং ৮ দগী নুংথিনগী পুং ৫ ফাওবা মী অমত্তা থোকপা য়াদে। অতুগা অঙম অথৌ অপান অপিনদি নুংথিনগী পুং ৫ দগী অয়ুক্কি পুং ৮ ফাওবা অসিদি কৌরকপা নংলগা লয়নিংবা মক্ষমদা লম্নবা য়াই তৌইগুম্নং ময়াম ফৌজ পুনবা সর্দ্দার অমত্তং লয়তবা য়াদে। হাইরিবা নুমিৎ হুমনি অসি নিংথৌ মচাগী লাল্লুপ তাদে। অতুগা নিংথৌ মচা নিপা অসি ময়াম মরক্ত লয়তে চিং অসিগী চিংথোংদা মনাই আর্ডালি অমগা মথোই অনিদা দম্বুর অম থন্দুনা লৈ।

পাথং স্না কোনুং য়োরকলে। অকাবা লাল্লুপচিংবনা অবুং ফমজো, ফমজো, হাঈতুনা মাগী ডরাড্গা নহানগা ন্নারি লিবদা ফম্বা ফমফমদা ফমহল্লে। শ্রীযুৎ মহারাজ ফমজাও লেঙ্থৎথরে। পাথং ন্নারি হউরে।

কয়গী ব্না অতু তাবদা য়োংনা নোক্লহুনা থৈবোংগা হৈবোংগা করম্ন তউবা ইতাও মতুতুম হান্ন তাথিসি, হাঈয়ু তাগে হাঈ। কম্ননা লিরকই :— মমাঙ্ডৈদা শিরোই চিংগী চিংন্দোন্দা থৈবোংগা হৈবোংগশি য়াম্না চান্ননা হৌমিন্নৈ। মথোই অনি ডাচেৎ থুমচেৎ য়েন্নহনা চামিন্নৈ। নোংমগী অমুক উন্নহৌদ্রবদি চাক চংদবগুম তউই। মথোইনা হৌরিবা মফম অসি মীনা য়োবা লম নত্তে। মরম অতুনা থৈবোং হাইবা অসিন অসিনি, হৈবোং হাইবনা অসিন্নি হাঈবা কনা অমত্তনা মগুণ থংদে মতউ অস্নুম তউনা চিঙ্দা

মতম কুইনা লয়রবগী মতুংদা মখোই অনি তাম্নরে. ঐখোইস্তু মফম অসিদা পাল্লিবা অসি মতম কুইবে মবম অতুনা তম্পাকতা অমুক্তং পাল্লুসি। ফরে হাঙ্গনতুনা মখোই অনি ৺থুল হুনদং লান্দুনা সেকপাও লম্বুই ফাওতুনা তম্পাক য়উরকলে। তম্পাকতা য়েংথবা চিংমাই য়উরকপদা মিতয় তম্পাক্কি ফজবা উতুনা মখোই অনিনা হে ফজথরেদা মিতয় তম্পাক চিংনা কোঙ্গনা পনশারিবা নিংথিদ', নুমিদাং ৱাইরমগী কান্দুদা নুমিৎনা চিংয়া পকপদা তময়ানা কোরি চেনবদা নুংথিন তাবা চেক্লানা ময়ুম মাইকৈ পাংইবা নুংদাং চাকতাবা শেকপিনা উমং উমংদগী পাইথোরকইবা। লমথেন য়ারন অনিগী কোম্বিরৈ চোংগান মরক্তা ইরোই তোংতুনা পাথংনা মাগী মুংশিবী থাতুনা খুলং ইশয় শকইবা তাবগী পেনবা লৈতেদা। ৱাইথউ সোইরেন ময়াইদা তিংগোই ফানবা সয়সনা মপোং মপোৎ ফাতুনা ময়ুম সঙ্গাই পাংলকই। ইকোপ অমস্তুং লোকতাক পাৎ চাওগী তুখুন্দা তুংলিবা ইশিংতু চিংদোন্দগী উবদা লশিং তেরা ফউবগুম নিংথিজনা উরকই। সঙাইথেনগী কোন্নুংদি উই তৌইগুম্বস্তুং য়ুমফানগী কোন্নুংদি উদে। অনিনা থল্লকই য়ুমফাল সহর হায়বদো, ফজয় হাঙ্গদা অতুবু ঁ, ৱা অসিনা করি অমত্তা উবা ফংদ্রে। ঐখোই অনিবু য়ুমফাল হেক য়ৌরসি হাইব্রা নত্রগা চিংয় তময়াদা হউবসিরা, য়ুমফাল অসি য়াম্না ইশৌ লাংই হাই চৎকন্নুসি। অসিরাইদ ঐখোই অনিগী হৌরকফম চিংগস্তু নক্লবা য়াইভং পোকপি অসিৱাইদা অত্নম্মক লয়রসি হাঙ্গতুনা লেপ্লরে। অতুগী মতুং হন্না থৈবোংগা হৈবোংগা তম্পাক তারগা য়াইভং-পোকপীগী লৈমখোং মরু মপান্দা খুন্দারসি হাঙ্গনা লেপ্লরে। লৈমখোং মরুগী মপান্দা ইংখোল চাওনা চাওনা খোপ্লতুনা লয়রে। থৈবোংনা

মাগী মশামরেং ফনবা অতুনা থব থব লাপ্পা হৌনসি হাঈবদা হয়বোংনা অস্তুম থোক্কনি হাঈবদি থংদবনিনা ইতাও লাপ্পনুসি হাঈতুনা মথোই অনি থব নক্কবপ হৌনবে। হৈ অনিমক, মাগী মাগী মগুণ ফোংদোকতুনা হৌনবে অমস্তুং পান্নবে তাইব' মীগী লমদম য়োরক্কবনিনা মীনা হৈ অনিমক হেকলে অমস্তুং চাবে। থৈবোং মহাও থংবনা থৈবোংবু হেনৌ থৈবোং হাঈতুনা হে নিংথৌগী মনুং চলহল্লে। হৈবোংবুদি স'ইডৈদা সি'জুগ' ইবোনবগদগী হেন্না চান্নদ্রে। অসিদা হয়বোং মপুকনিংদা ব্লাবোবে অতুগী মতুংদা শাওরে। হয়বোংনা থল্লে মাগুম্ব মেরুক্তা মথোং পানবা তিংথং নম্বো পোবাগবু তিন্নবা হৌনব্রা, মা, ঐ হাঈবা অতুদি চিংদা চাবে চামিন্ন, হিপলে হিপমিন্ন তউতনা ব্লান' অমস্তুং নুংঙাইনা পানমিন্নবক্কবনি। মাবু মুল্লগা হেকপা, লাই কৎন্দা ঐবুস্থ য়াওনবা থউবাং তউদনা! হয়বোংগী মতুনা হাঈবকই—মানবু তউব্র? মানদি ঐথোবু পাম্বিদে।

মব্লা—তানিংদে নহাই—এগী কবি ব্লাংলি, ইশক্তা ব্লাংপ্রা, ইচুদা ব্লাংপ্রা মাগুম্বা মেরুক্তা মথোং পানবা, তিংথং নম্বোপোবা মানা ঐবু অস্তুক উশিক্তবদি থংগনিদো হন্দক্তি তউগে?

মতু—শাওনুদা নিপা। মুল্লব' কান্দদি মান, য়াম্না হেল্লিদা!

মব্লা—তানিংদে নহাহ; মুল্লব কান্দা ব্লাবক্তগী তয়ানমুক ফজবা হয়বোং ঐবু।

মতু—( লোম্ন নোকতুনা ) শক ঙাক্তনা চৎনবা নস্তেয়ে। প্রমাণ তউবিবা তয়ান অতুমকপু কনানস্থ চানদেয়ে, ঐথোইস্থ অতুগুম্বনে!

মব্লা—প্রান অসি চাকলেদকে, নুপী অসি ঙসি মমাইদা থোংপাক্ক

হেক কাওববু, থৈবোং মানা ঐভোম্দগী মুল্লবা কান্দা করিদা হেম্বগে হাঈয়ূ নহাই।

মতু—থৈবোংদি মুল্লবা কান্দা মনম্না মাপান্দ, মফম অহু পিক থল্লিদো। করিগুম্বা দেব কৰ্ম্ম অম তউরে চাকলুকতা তাবদা ফজবা অমা য়োইদো! নিংথিনা নৈহুনা সঙ্গোমগা তোৎতুনা চারবস্থু অমৃত মৃক হাওই হাঈনৈদো; য়াম্না হাঈহুনা কান্নদে। মুল্লবদি মীনা য়াম্না হেল্লি, মথা তানু।

মন্না—ঐদি মুল্লগা করি য়াংলি?

মতু—হাঈররোই হাঈহুনা তোববু হাঈব তারেদো ঐখোইগীদি মুল্লগা মী চংনদে ঐখোইন হোবা মফম অহুদি নুংথিন্দা শেকপিগী মকোন য়োই।

মন্না—মরমদি?

মতু—মরমদি ঐখোইবু হেক থাইদোকপা নত্রগা ককতোকপদা তুমিৎনা য়া—

মন্না—পাইবা, নত্রদো, নপা থাংচৎকদবগি মচা মসি হাঈবা মী অম হাংকে হাঈহুনা নিংইভৈদা মানবু ইহান হাম্না হাঈরকই। তুমিং থোকই হাঈহুনা চানদব অহুবুনি নহাই ঐনা শাওরিবা চৎখ্রো চৎখ্রোহাই।

মতু—চৎভবদি অচুম্বা হাঈরগবু!

হয়বোং অমোম মপামদা যাত্রা তউখ্রে। হয়বোং মতু লয়রি-ভৈদদি খামথবিনবা মী লয়রমহুনা থর থর হম্বরম্মি। হজিক্তি মাহুস্থু লয়ত্রহুনা মতউ অম তউরক্লে। থৈবোংবু থোওইরক্রে, মাগী মমান্নবা উজাও হৈনৌ, খোংনাংনচিংবা উজাওগতা মরুপ য়োইখ্রে। অচৌ,

অচৌবা পাম্মেন উজাওগা মরুপ ৱোইরক্লবা অতুদা থৈবোংবু উশিত্তবা অমুক হেল্লে। তউগে হাঈবগী মতাগুম্না মশা অচৌবা অম লোংথোরক্লুনা থৈবোংগী কারোং অমদা নল্লরে। মতম কুইনা নল্লবা অতুদা থৈবোং উশি চংলে।

থৈবোং—ইতাও, লমস্থু ফন চাওনা লয়রি, এভোন্দা নল্লিবা নশা অচউবা অসিদদি লৌথোকউবা, ঐবু নংনা ননৱা অসিদা উশি ফাওব চংলে।

হংবোং—ইতাও অতুভৈ ঐনা ঐথোই চিংদগী কুম্মকপদা হাঈবা অতুনি ঐখোই থব থর লাপ্পা হৌনসি, নংদি কবিস্থ লৈতবা জীবনি, নশা শোক্কনি হাঈন', অতুদা নংন' ময়াদেদো পাংদবা জীবনিনা!

থৈবোং—( হি মসিদি থোন অম তউইনা ) য়ুম লোন্নৈ নকনৈ হাঈজুনবু মীগী মবমদা লম হেনজিবদি চুপ্ত্রদো!

হৈঃ—করি তউই হাইবগে?

থৈঃ—আইন্না য়াদেনে!

হৈঃ—করি আইননো?

থৈঃ -ইজমেন্ট হাইবদি য়ুম লোন্নবা অমনা মীগী ইংথোন্দা উশা লামশিন্বা য়াদেনে।

হৈঃ—মাতুগী আইন অতুদি. ঐখু আইনদি পাস তউদে হাইববু থেক তেকনা হয়রিবনি। নংনা হুজিক দাবি তউবা য়াররোই।

থৈঃ—করিগী?

হৈঃ—মতম হেল্লে। টাইম বার। উশা মচা ৱোইনা ইস্তোকথিবা উফয় অসিনা ৱাইহুম চাওবে। দাবি য়াররোইয়ে।

থৈঃ—তানিংদবা ৱানিদা ইতাও. প্রেমগী মথক্তা পংতউ তউবগা নংনা

ৱারি অহুম্না তস্ফাস্না

হৌজিক আইন থিরকতুনা, জনম অসিমা ঐনা নংবু পোত্নুনা লৈগদবোরে !

হৈ—করি তৌবা ? নংনা ঐবু নম্বো পোবদি য়াহনা। পিশক পিডৈগী মরুপনি, নংদি করিস্সু লৈত্রবা তিংথংদস্সু নম্বোপোরি !

জীব হাইবা অসিনা মাগী মাগী বিকার অকায়বা অসি হাঙ্গৈরবদি ভম্ফোক্না ফুডাইথিদ্রমাল্লে ; শাওমনখ্রদুনা, য়াম্না শাওনা—

থৈ—করি ? ঐবু তিংথং মম্বোপোবা হাইবা !!

হৈ—হাঙ্গৈরে করি তৌ—

থৈ—হাঙ্গৈরে করি তৌগেগে হায়বা - নংনা তুমিং য়োম্মিবা অত্তুদি।

হৈ—করি লৱাইমচা তিংথং নম্বোপোবা।

থৈ- -নংতুম লৱায়মচা তুমিং মহুম।

অস্তুম তৌদুন, থোন অস্তুম অস্তুম কংথংনবকপনা মমৈদা অনি অসি খুং থোক্করক্লে। নোংমা চুপনা ফুনরে। অহানবদা হৈ পাম্বী অনিগী মন পান্দ্রে। মমৈদা মশা মরেং তংলে। অত্তুদগী হৈনৌ থোংনাংনচিংবন হয়বোংগী মিচং চংখ্রে, কফোই হৈরাংথোইনচিংবা উমচানা থৈবোংগী মিচং চংখ্রে। য়ুম্নাম নিঙোন যুবতী কোনশবা লাল্লুপচিংবা চোংথোরকতুনা মতিক মগুন্দি লয়তনা থৈবোং হায়ব অসিনা তউবা শাবা অম হাঙ্গৈতুনা মচিন পেন্না চয়রকহ, অদুগা হাঙ্গৈরকই মবুংডো হয়বোং অসীদি মশকনে মতউনে য়েংবগী ইপেন হেক পেন্দে, মদি কদায় তিংথং চরোং অম হেক নম্বো পোশিল্লদুনা। য়ুম্নাম নিঙোন যুবতীগী ৱা অদু তাবদা কফোহনা পিক্লবস্সু মগুন লৈবা হৈনি হায় থৈবোং হায়বা হে অসি ; নংগী শকফজয় হাঙ্গৈবা হয়বোং অসি মুল্লগা কনা অমত্তনা চাবিদে। ৱা অসি তাবদা কোনসবা লাল্লুপচিংবনা

যুম্নাম নিঙোন যুবতী অসি মাগী নুংশিবীবু রোইববা কবিনো হোৎ-চিল্লকতুনা কফোইগী লৱাইদা সুজিনবদা কফোই মকোক মশুং মবিথোক্লা কাঙ্গৈতুনা ইথেং উবে। মতউ অতুম তউনা হৈ পাম্বী ময়াম ফুনবা নুমিৎ তবেৎনি সুবে। মহৈ মনা মশা ফাওবা অমতা পান্দ্রে ; থালি মউ মউদা মডাইশিল্লক্লে। নুমিৎ তবেৎনি সুববা অতদা মথোয় রানবতুনা হন্দোক্লবে। চিন মথয় অমুক ডাওনবক্লে। অহন অহন রোইবা থরনা ঐথোয় থৎনবা অসিনদি শৈবোংনা হেল্লি, হয়-বোংনা হেল্লি হাঙ্গৈবা অসি লোয়নবা য়াববোই। অতুনা ঐথোয় ময়াম হৌতুনা কাবসি। অতুগা নিংথোদা লাওতুনা হৈ অনি অসি কনানা হেনবগে হাঙ্গৈব অতু বিচাব তৌহল্লুবসি। অততায় মক্তি কনাসু য়াওদবনিন মযাম্মক যানবে। ফবে, কাবসি হাঙ্গৈতুনা যুমফাল তম্না কানবাক্লে। তেলৌ য়উবকপদা অহন অমনা হাঙ্গৈবকই—"হিঃ ইচাশা ইনাওশা লম্বি অসিদি কাব যাবোইনা, ঐথোইদি উনিনা! পৈশাসু অমতা য়াওবক্তে।

১ শুবা উ কবিগীনো ?

১ বা উ—হাই নংদি তাদ্রিব্রনহাঙ্গৈ, সরোম্মুংদা মাশুন কউই হায়তুনা অম ফম্মদনা! ঐথোই অসীবু ওল্লগা ফুট্ট লুপা ২, লউবা য়াওই অতুগা লুপা ৩, লউবসু য়াওইদনা॥

১ শুবা উ—ওনবসু ওনথিগদবা !

১ বা উ—উম, ওনবসু ওনথিগদবনি।

২ শুবা উ—অতুদি নুমিৎ তবেৎনি ফুনবদা সোকপসু লথা অমা য়াওবে, ঐথোই ময়াম অসি মথোইনা ওল্লবা হাঙ্গৈতুনা লয়পাক্ত

তাতুনা অমুকস্তু নৈরুরবদি ডাক্তর ফংত্রিবৈদা শিনবনা হানবা তারেদনা অতুদে !

৩ শুবা উ—করি তউববগেনে অতুবো. সওস্মং য়উত্রিবৈদা ইবিল তুরেন্দা কুম্মগ হেক চৎসিদনা।

৪ স্নুবা উ—অতুদা ঐখোইগী ইরক্ত ইশিংদা তাউবা ঙমদবা অরূপ্পা উ য়াওরিনহাই।

৩ স্নুবা উ—ঐখোই ইশিংদা তাওবা য়াব ংগী মথক্তা মখোইবু তোংহন্দুনা হেক চৎলগা অতুমঙাইদনা।

১ বা উ—নখোইনা ঙাংইবদো অরেম্বা ঙাক্তনি। তুরেন্দস্তু য়োংলি চাওরবা অম ভিংলিয়ে। মাশুন ফম্মিবতু তাক্তনা চৎপা ককাক য়াব পোৎ নত্তেনে।

৪ স্নুবা উ—হোইদা তাইবংমী অসিনা তৌনরিবসে ! ঐখোঈদি মখোইগী লম্বী চৎপস্তু য়াওরুদে, লৌ উবস্তু য়াওরুদে. ডাক্তর থানাদা হিদাক লৌবস্তু য়াওরুদে. স্কুল কোলেজ তম্বস্তু য়াওরুদে, মখোইগী কোনগী ঈশিংস্তু থকলুদে, ঐখোঈদি ঈশ্বরনা পিবা ঈশিং, নুংশিৎ, লৈবাক, ময়শা লৈপাক্তগী চিঙাক ফংতুনা হিংজরিবনি, অতুবু করিননো ঐখোইগী ইথক্তা থাজনা লৌরিবা অসিবু।

১ বা উ- ঐখোইবু থাজনা লৌবা নত্তে ঐখোইবু শিজিন্নরিবাশিং অতুদগী লৌবনে। কান্নদে, ম্নায়াম ঙাংতুনা ঐখোই মীগী বিচার লোইশংং তোকলসি স্বর্গদা কাতুনা লাইগী বিচার তারুরসি।

২ স্নুবা উ—য়াম্না ফরে : মাখোইগী তাইবং মীগী বিচার অসিদি ওস্থোক্তস্তু মতম চংখ্রে হাঈয়ে। অতুগা কোর্ট ফি ককাক হাইতুনস্তু য়াম্না লয় হাঈ। দরখাস্ত ইবিনবা লয়তনুনা য়াম্নস্তু

ৱাই হাঙ্গৈ। অতুগা হৌজিক উকিল ফাবা হাঙ্গৈবা অমস্থু তউরে হাঙ্গৈ; য়ামথউবনা হাইবগুম্বা লাইগী বিচার তারসী। হৈ পাম্বি পুন্নমক লোইনা য়ানবে, ময়াম্মক স্বর্গ পাংলকলে। স্বর্গ য়োরে। মমিৎ লিশিং অম পানবা সোরাবেন শচিগা লোইনতুনা মথোন চামা ৱাংবা সিংহাশন্দা ফমতুনা লৈরম্মি। লাই মন্ত্রি পুন্নমক লোইন হকোঙ্গৈ কোঙ্গৈনা ফম্মম্মি। অশ্বিনি কুমারনা লাইরিক শুরম্মি। নুমিৎ অতু থোইনস্থু বিচার লয়তত্তুনা ৱারি অচোইবা শাত্নুনা দরবাব তউত্তুনা লয়রিডৈদা লাই দোলাই পাবা অম লাক্কুনা থোংদা মর্ত্তদগীনি হাঙ্গৈত্তুনা হৈ পাম্বি ময়াম লাইগী বিচার তাগনি হাঙ্গৈতুনা লাকই হাঙ্গৈনা হঙ্গংলবে। লাইয়াম্না পুশল্লকউ হাঙ্গৈতুনা উ ময়াম চংলকলে। লাইগী মন্ত্রি অমনা কবিনো নথোইনা লাকপবো হাঙ্গৈতুনা হংবদা থৈবোংগা হয়বোংগা থৎনরকপা অতুদগী হৈ পাম্বি ময়াম্না মীচং চংনরকতুনা নুমিৎ ৭ নি ফুনবগী ৱা পুন্নমক তম্মে। অতুদগী হৈ অনি অসি কনানা চাওবগে মতুগী বিচাব তউবিয়ু হাঙ্গৈনা হে ময়াম্না লাউরে। লাই য়াম্না হাঙ্গৈবে ঙসিদি নথোই নংগী নংগী থুংফমদা চৎলো, হয়েং বিচার তৌনি। ৱা অসি তাবদা হৈ পাম্বি ময়াম হন্নখ্রে। অতুগা লাই সভাস্থু কাইনখ্রে। হৈ ময়াম্না থুংলিবা মফম অতুদা য়ুম্নাম নিঙোল যুবতীনা থৈবোংদা শকথিবা ত্তিংখং নম্বো পোবা মানস্থু মবুঙো হয়বোংগা থৎনক্লবা শারি, লাই য়াম্না নোকহৌরে হাঙ্গৈতুনা কোইলাউ হেক লাউরে। মতু তাবদা থৈবোংগী কাংবুনা শাউতুনা লাইগী উকিল ৱাইরোকপা অন্তর্য্যামিবু ফাবে। মানা দবখাস্ত অমা লেংলে :—

মহা মহিম শ্রীল শ্রীযুক্ত স্বর্গগী মবুঙো সোরারেন
প্রচণ্ড প্রতাপেষু

ধর্ম্মাবতার,

ননাই হয়বোংগী খুপ্পু অসি য়াম্না তউবা ঙম্বা মী হাৎপা ঙম্বা কাংবুনি। ঐখোইগী খুপ্পুগী মরক্তা মকোক কাইবা য়াওরে; মখোইদি ঙসি অহিং চেনখীগদৌরে। মরম অতুনা মখোই অসি ফাতুনা হাজ্জত্তা থম্বিয়ু হাঈনা প্রার্থনা তৌজরি। ননাই

থৈবোং পাম্বী

দরখাস্ত অসি ফংবদা হৈবোংগী কাংবু ফাতুনা জামিন্দা থারে। থৈবোংগী খুপ্পুনা উকিল ৱাইরোকপা অন্তর্য্যামি ফাখ্রে হাইবা তাবদা হয়বোংগী খুপ্পুনা সেরা খোর পণ্ডিত উকিলবু ফারে মানা অমুক দরখাস্ত অমা লেংলে ঃ--

মহা মহিম শ্রীল শ্রীযুক্ত স্বর্গেশ্বর ইন্দ্র মহারাজ মহিমাবরেষু।

দরখাস্ত কারি, শ্রীহয়বোং পাম্বি

ধর্ম্মাবতার,

ননাই থৈবোংগী কাংবু অসি য়াম্না তউবা ঙম্বা কাংবুনি। ৱোই-দবদা হাঈতুনা ৱা শেম্বা ঙম্বা কাংবুনি হৌজিক মখোই মশেন থৎনরে, থরদি চেনখীবস্থু হউরে।

হৌজিকমক ফাতুনা হাজ্জত্তা থম্বিহউদ্রবদি ঐখোইগী খুপ্পুগী মরক্তা অশোকপা য়াওরিবা অসিগী খুদম থিবা ৱাররনি। মরম অতুনা ধর্ম্মাবতার ননাইগী খুপ্পু অসি চানবিতুনা বিচার লোইদ্রিবা ফাওবা হাজ্জত্তা থম্বিয়ু। ননাই

শ্রীহৈবোং পাম্বি

দরখাস্ত অসি ফংবদা থৈবোংগী খুপ্পুস্ত লোঈনা ফাডুনা জামিন্দা থমলে। য়েংবিয়ু নুপী মচিন থিবা লোইনবদগী খুপ্পু অনিমক জামিন চারে।

নোংডাল্লে ; অয়ুক্কি পুং ১০ তাবা কান্দা মর্ত্তগী হৈ পাম্বি পুন্নমক লোইনা ডিল্লে। লাইগী জর্জ অমনা হাঈরকই নখোইগী মর্ত্ত লোক্কী সাক্ষি সাবত্ত লৌডুনা বিচার তউগদবা নত্তে ঐখোইগী অসিদি থাঙ্গৈ-শেংবা প্রত্যক্ষ প্রমাণ মিৎনা উবা বিচার তৌগদবনি ; অডুনা নখোই অনিমক নংগী নংগী রূপ পুথোকতুনা হোরো। হয়বোং পাম্বি ময়োন চোংলে অডুদগী হৌগৎতুনা মশা মরেং পাল্লে. অডুগা মনা ইপুং পুংনা হৌরে। অডুগী তুংদা মপান শাডুনা পাল্লে ডাংশং ভাংনা মুল্লে। য়েংবদা ডমথৈ লয়তনা ফজরে। লাইয়াম পুন্নমক ফজয়দা হয়বোং হাঈবা হৈ অসিদী হাঈডুনা ব্রাথল তউই। হয়বোংগী মিচং রোইরিবা হৈ পাম্বি পুন্নমক মোমোন মোমোন তউডুনা হরাওবা উৎলে। অডুগী তুংদ থৈবোংদা য়েংডুনা নংগী নতিক উৎলো হাঈডুনা য়াথং থারকপদা থৈবোং হোরে কয়া ব্রাংদে মশা ইপাক পাকনা পাল্লি থখ লয়রগা বোড়া থাঙগুম্বা মহৈ য়াল্লে ইশং শংনা লাইয়াম্না মাবু উবদা হিং মথোং থোকতে হাঈডুনা চিবোন চিবোন ডাঙনয়। লাঙ ময়ামগী মরক্তগী মচিন ব্রারকপা ডমদবা অমনা করিগীনো মসিন হয়বোংগা মুক্তডুনা তৌরুবা শাই হাইববো চুমদেদনা অমসিনা ওস্থোক্লা হেল্লেনা মগুণদি, হাঈনা লাওরকই। মডু তাবদা হয়বোংগী মিচংশিংনা ব্রা লাওনা নোকই। অডুগা থৈবোঙগী মিচং মথৈদি মমাই মুগুক মুশনথরে। লাই মন্ত্রি অমনা ডাইথো লাই ঐখোইগী বিচারদি গর্ভবিচারনি অডুনা মখোইগী মহৈ অসি থাইডুনা য়েংশি হাইডুনা

থৈবোং অদু হেকতুনা খাইদুনা য়েংলে। মদু হেক খাইবদা অমৃতগী রোশনা লাইয়ামগী মনাতোন য়ৌবদা লাইয়াম পুম্নমক তিনচুমমে। লাইয়াম্না এঃ ফজৈদা মহয়দে মগুণ লয়দা হাঙ্গইদুনা বাখান তউনরে। অদুগী তুংদা হয়বোং খাঙ্গরো হাঙ্গইদুনা খাঙ্গবদদি তুমিৎ শঙ্খ অম পাইথোকরক্লুনা লাইয়ামগী মমিৎতা তুররে; লাইয়াম থাংবা ঙমদদুনা কাঙ্গদুনা চেল্লে। খুমজল্লো হাঙ্গইদুনা হয়বোং খুমজল্লে। সোরারেননা বিচার লোইরেদনা, থৈবোংনা বৈষ্ণবনিঃ থৈবোংনা চুমমে হাঙ্গইদুনা রায় তারে। অসাইগী মখয় নোকলম্বা হয়বোংগী মিচং মথৈ মমাই কালিমুক মুশনখরে। অদুদি হৌজিকতি হয়বোংনা বৈষ্ণবতা লানবগী করি দণ্ডি পিগনি হাঙ্গইদুনা খাল্লবদা হয়বোং হাঙ্গবা হে পাম্বি নংদি মিরক্তা হৌব য়াদে লাই উমং মীনা চংনদবা মফমদা হৌরো শেক-পিগী মকোন ব্লোইরো হাঙ্গনা হুকুম তৌরে। য়ুম্লাম নিঙোল যুবতী কোনসবা লাল্লুপচিংবা নখোইদি বৈষ্ণবতা লাল্লুবগী দমক হয়েং কলিদা থাংমৈবন্দ ইংথোন অমনবদা হৌরগা পল্টননা নিলাম লাওদুনা মফম অদুদা কলেজ শাদ্রিবা মথৈ মুনবা ঙমদনা তাইবং মীগী খয়াত্তা তাবা ব্লোইয়ু। ঐখোইনা হাইরিবা অসি হন্দক হয়বোং থৈবোংগী লালদা য়াওরুবা হৈনৌদবু হাইবনি; অদুগা হন্দক লাল য়াওরুবা খোংনাং নখোইনা হয়েং ইঞ্জিনীয়ারগী ওভারশীয়ারগী মথুৎতা লোইনা নশা ককপা ব্লোইয়ু অদুগা মচিন তোংবা খোংনাং নহাক অমনা স্না খোংনাং মখোং ব্লাই তৈনবদি লাইব্লদনা অমনা খোংনাং জোটাগী হন্নুবী হাইদুনা কিনরবা বামন মনাই কাংশি অমগী ময়ুম ব্লোইরো। অমনা লৈপাক মাংনবগী খুদম ব্লোইদুনা মীনা কিনবা খোংনাং অম ব্লোইদুনা চিংনাং খোংনাং কউদুনা হৌরো হাইনা শিরাপ তউরে। অদুগা হৈ-

বোংগী মিচং চংউবা হৈপাম্বী পুন্নমক শ্রীকৃষ্ণনা হাবা য়াদবা হৈ রোইরো হাঈরবদা হৈবীনা চংলক্তুনা ননাই ঐদি থৈবোংগী মিচংনি অহুবু হয়বোং হাইবা অসিনদি মতিক চাওবা অহুদা নংবু হেনবগা করিগী খৎনক্লরিবনো অসিদদি হাইক্লই থোইদোকপা তৌজদে শ্রীকৃষ্ণগী সেবা য়াবা কৃপা অমতদি তউবিয়ু হাইজরবদা লাইনা হুকুম তউরে অহুদি হয়েং কল্লিদা কাং চিংবা মতমদা কাংদা থেৎপা ফিরানগী মতোনদা হৈরি অশংবা নংবু থেৎশনু মহুনা নংগী কৃষ্ণগী সেবা ফংবা রোইজৌ হাঈবে। অহুগী তুংদা মকোক মশুং মরি থোকনা কাঈহুনা কফোই চংলকই। নংদি কনানো নকোক ওম্ন্নোক্লা থিনা কাইরেন হাইনা হংবদা ননাই ঐদি থৈবোংগী মিচং চংই হাঈহুনা উজাও ময়াম্না হাইথ-রকপদা ইকোক কাইরিবনি হাইরে। অহু রোইরবদি নংদি বৈষ্ণবকি থৱাই কন্নবা হোৎনবদা নকোক কাইবনি; নংদি হে পুন্নমক্কি নিংথৌ রোইরো; হয়েং কল্লিদা শ্রীকৃষ্ণদ' কৎনবা হেরুক সেম্মকপদা হৈ পুন্নমক্কা সিংহাসন রোইবগা নংনা তোংজরো হাইরে। অহুননি মহারাজ হুজিক কফোইনা হৈরুক শেম্বদা হৈরুক ময়ামগী মথক্তা তোংলিৱসি। মতৌ অসুম তৌনা মাগী মাগী মতিক চাবা দগুি অমসুং মাগী মাগী মতিক চাবা মনা পিহুনা হৈ লৈ উ পানবী পুন্নমকপু লাই সভানা থাদোকখী। য়েংউদো হয়বোংনা ঐদি চাওই, ইশক ফজৈ হাঈহুনা, মশা কনবা হে'ল্ল মরুপ ফয় হাঈহুনা চাওথোকউবদগী হয়বোংনা করি থোকখিবা অহুনা ইতাওসু পংচাও চাওথোক্লনু লমহুই হাইবসে লাঈদবনি; ঐথোইনা মরুপ ফয় পাংগল কল্লি হাঈহুনা পংচাও চাওবা য়াদে। ৱাথল মুন্না তউ।

য়োং—ইতাও নং অসিমা ঋারি হৈবা শারদনা মাগুম্বা লমহুইবু চৎসি লাও ঐ ফাবিগে।

কৈ—ইতাও তউনুহাই ঐদি লাইনা থংগনি য়াম্না কিখ্রেনহাই।

য়োং—ওস্থোকপনিদা লাওনে কিনুনে। অসি হাঙ্গীহুনা য়োংনা কয়বু চিংলে।

কৈ – হুম্, হুম্ ঐ ঙম্মোই ঈতাও নংদি উকাবা হৈবনিনা কল্লে হাইব-মথৈ চেনখিহুনা উ কাখিগনি।

য়োং—ওস্থোকপনিদা নংনা কিরগা সে থৌরি অসিনা নংগী খাংগা ঐগী খাংগা পুল্লসী অহুগা চৎসি।

য়োংনা হাইবা ইন্দুনা কৈগা য়োংগা খাং খাংদা থৌরি অমনা পুন্দুনা কৈগী মকোন লমহুই মচা পোকইবা অহু তাম্না থব্রাংনা লাকলে।

মতৌ অসুম তৌহুনা মখোই অনি লাকমিন্নবহুনা কয়গী মকোন অহু য়উরক্লে। কয়গা য়োংগনা তউবকইবহু উবদ, লমহুইনা খল্লি, হে তউরকইবা অসিদি মতা অমনিনা, হাই মসি নত্রে হাঙ্গীহুনা লমহুই লাবা ইশৈ শকলকলে—খুরাইনা খুম্ফমলেন চেংলৈনা ঋাইনুদা লমলেন অহোংগৈহুদা; লাপথ্রবা থরাইনা থমখিবা লাপথ্রবা থরাইনা থমখিব অহিংনগা ভন্দনবু ঋোইহুনা মুংথিন্নগা চেকলাবু ঋোইহুনা পাইবিরকলো পাইবিরকলোগব পাম্মুবা। লমহুই লাবগী ইশয় মতাহু তাবদা লমহুই অমোম ইশৈ মতা অমনিনা হাঙ্গীহুনা য়েংথোকখিবদা কয়গা য়োংগনা তউরকইবা অহু উরে। ইমাইপেম্মা মাংলেদনা হাঙ্গী-হুনা লমহুই অমোম্না হাঙ্গীবুংঙো দ্বারকানাথ দ্রৌপদীবু দুঃসাসন্না ফি মুল্লবা কান্দা ফি ঋাৎতনা পিবিহুনা সুপীগী ইকাইবা ঙাকপিখিবা

ইবুংঙোনি। হে ভগবতী কালিমায় ইবেম্মা নহাক্না রক্তবিজ স্তুম্ভ নিশুম্ভবু হাৎতুনা লাইয়াম্বু স্বর্গ ফংহনখিবনি; ভোল্লবা লমহুই ঐখোইদি ইবেম্মা নহাক্না কনবিদ্রবদি ননাই ইমাইচা ঐখোই পুম্নমক ইচাশিং অসিনদী চাওত্রিবনিনা চেনবা ঙমদবা মরমদগী কয়গী থয়াৎতা তাবতারে ; ননাই ঐখোইবু কনবিয়ু। হে প্রভুরামচন্দ্র ইবুঙো নহাক্ন তারকা হিংচাবীবু হাৎতুনা মুনি শংগী লাইনিংবা কাইহন্দে, রাবণবু হাৎতুনা লাইয়াম্বু স্বাধিন পিবিথি। ননাই ইচাশিং অসিনা চাওত্রিঁডদা ননাই লমহুই কৈগী চিঞ্জাক ম্নোইবা তাবে ননাইবু কনবিয়ু। মাইগৈ ভাকপা লাইনিপানমক—মার্জ্জিং, নোংপোক নিংথৌ, কৌব্রু, ম্নাংবুরেন, ওকমরেন, মোইবাং পোকপনচিংবা লাইয়াম্না হন্দকী অসিদগী ননাই ঐখোই ইমাইচাবু কনবিয়ু হাইদুনা লমহুই অমোম কপলকই। হা ইবুংঙো গৌরচন্দ্র ইবুঙো নহাক্না জুগাই মাধাইনচিংবা পাপিবু উধার তৌবিদুনা পুকচেল ফহনথি। হন্দক ননাই কৈ অসিবু মপুক ফহন্দুনা নত্রেগা কবিগুম্বা রাখল অম থনহন্দুনা ননাই ইমাইচাবু কনবিয়ু ইবুঙো হাইনা লমহুই অমোম্না মথল মখা অয়াম্বা তেংথানা মাগী অমসুং মচাশিংগী থম্নাই কনবিনবগী দমক ঈশ্বরগী বিকাশ ম্নোইববা লাই পুম্নমকপু কৌদুনা কপলকই। অসুম তৌরিঁডদা কৈগা য়োংগা নকশিল্লকলে। লমহুই লাবনা মচু উই। নত্রে নিপামচা থৌদাং য়েংলগে হাইদুনা লমহুই লাবনা য়াম্না চাওথোক্না লাওরকই, হায় হায় হায় হৌনবা থংদবী মুপী হোবেন মুংথিন্দা হাওমোম ভোম্বগা পেনা ফাংনগদৌরি চাকতুম থর ডল্লু হায়বগা অভাং কপহন্দুনা লয়রিবা অসিবু মতোইনরহা, ইশৈ ঔবাইবা ইয়াহেক য়াত্রেনে।

লমহুই অমোম—হা হায়ো, নোকতুম .নাকনিংই, নচা নিঙাই চাওবা পোক্লগা ঐনা কপহনববা ও।

লমহুই লাবা—ইয়া মচিনবু থিনা, অঙাংবু মমান য়ানবা থেম্মগা লোইবেদন'।

লম অ—য়াদেয়ে।

লম ল—খোম পিথকউনে।

লম অ—খোম'দি তবাবক ইল্লবনে।

লম লা—য়োংশা, কৈশা অতুক য়াম্না লমহুই তেঙ্গোলনা, হুইথৌ তেঙ্গোন্না পোংয়েংকা পুবকপত্থ পিজৌনহাই।

লম অ—মতুদগী হেল্লহুনা ঙসাইদা নংনা পুবকপা কয় তগং তগং তেকপা অতুমস্থ পিবে য়াদেয়ে, অহোইনতুম হেন্ন' কপ্‌পে।

লম লা—অতুদি করি হাঙ্গৈরি।

লম অ—মীনা ঙম্বা পোং নত্তেদা।

লম লা—লমহুই তোপ্পাও ঐনা ঙমদব' পোং লয়ব্রানহাই। ঐগী মরুপ য়োংনচিংবা অস্থুক অস্থুক ফবা লয়বিবদবো।

ব্রা অসি তাবদা কয় থল্লি হিঃ য়োং অসিস্থ লমহুইগী মরুপ ব্রোইবা তাই। অতুগা য়োং অতুদি লমহুইগী লৌশিং তৌরকইবত্থ তাবদা নোকনিংবনা থাংবা ঙমদ্রদনা ফোংনা নোকপদি য়াদ্রহুনা লোম্না লোম্ন' নোকই।

লম অ মরুপ ফত্থনা কবি তউগদগে; নংগী হাইরিবা মরুপশিংত্থনা ফাব' ঙম্বা পোং নত্তে; নচানা চাগে হাইরিবা পোং অসিদি।

লম লা—ঐগী মরুপশিংদি ঐনা পাম্বা পোং অতুদা মপাঙ্গম্না ঙম্মে পুবক্কনি, ঙমদ্রে মবউশিংনা ফাবক্কনি কবি চিন্তা তৌরি।

লম অ—নংগী মরুপ য়োং লাংশিংদুনা ফাবা ঙস্বা নত্তেয়ে নচানা চাগে হাইরিবা অসিদি।

লম লা অদুদি করি চাগে হাঙ্গৈরিবগেনে ?

লম অ—কয় অহিংবা চাগে হাঙ্গৈরিয়ে।

মদু তাবদা কয়না য়োংদা হাই, অসিনিদো ইতাও ঐনা থন্নাই শোক্লা কিরিবা অমস্নুং ন্নুংঙাইত্রিবা সে। য়োংনা হাই ইতাও তুমিন্না লয়য় ঐ তউগে মসিনি লমহুই লৌশিং হাঙ্গৈবদু।

লম লা—মদুবু করি লয়বা পোৎনোনহাই তুমিন্না লয়যু ঙহাক্কা ঙাইরেনে।

লম অ—কয় অহিংবা অদুস্নু জেশা কয় অম চারোই, হুজিক ঐখোইনা লৈরিবা কয় মকোন অসিদা লয়রম্বা কয় অদুদা চানি হাঙ্গৈরিয়ে।

মদু হেক তাবদা কয়না ইথং থংনা হাইমাইপেম্মা হাঙ্গৈদুনা লাউই। য়োংদি তুমিন্না মোমোন মোমোন তউনা নোকই ইতাও কিগন্নু হাঙ্গৈদুনা কয়বু থেম্মি।

লম লা—( খোঞ্জেন পিকশন্না ) হাই অপংবী তুমিন্না লয়যুনে ঐগী ইতাও হুইথৌ ময়াম্না লাংবন কোইবা থুংলক্লেনে ; অদুগা নংগী নচানা মদু হাইরক্কনি হাঙ্গৈবা থন্দুনা ন্নাদনবা হাঙ্গৈদুনা কয়গী মকোন্দা লাকতুনা ইচা পোকলে অদুগা ঐগী ইতাও য়োং থাদুনা কয় অসিবু মোইথেম তউদুনা নোকনা নোকনা পুরকই-বসি উদ্রনহাই।

ন্না অদু তাবদা কয় পিং লাওনা পাথৎখ্রে। য়োংদি নোকনিংবনা থাংবা ঙমত্রদুনা নোকই কয়না য়োং লোমদা মিচিনা য়েংখিবদা য়োং

নোকতুনা লয়রম্মি। অতুগা মাইকৈ মবিমক্তা হাইতুনা য়েংবদা নুংশিৎনা লাংদোন লেংবা উই ; মতুবু কয়না হুইথউ ময়াম কোঙ্গবগী লেংবা য়োইনা নিংলে। কয়না হে পাপী য়োং মাদি লমহুইগা মান্নতুনা ঐবু মোইথেম তউতুনা পুরকইবোইবে। কান্নদে হুজিক মঙোন্দা য়া ঙাংদনা থন্নাই হিংনবা চেল্লগা লোইরে হাঙ্গীতুনা কয় মমাই ওন্দুনা হন্না তুনা য়েংদনা মথন্নাই খুবাক্তা হাপ্তুনা চেনখ্রে। য়োংনা ইতাও ঙাইখো লমহুইগী তাৎনি হাঙ্গীতুনা ফনা লাওজয় থন্নোইনা তাবিদে ; পাপী নংদি লমহুইগা মান্নতুনা লমহুইদা ঐবু হিংনা পিজগে তউরম্মি-বোরে হাঙ্গীতুনা লয়জবা পাঙ্গল থেকতুনা চেনখ্রে। মথোই অনিদি থৌরিনা পুন্নরিবনিনা য়োং অতু উপনা তাবে উপনা চিংলে লোংনা তারে লোংনা চিংলে। চেগাই, নুংগাই, উচুংদা ফুবদগী য়োং প্রান থারে। মতৌ অস্থুম তউনা মাইল মথাই অমরোম চেল্লগা উমং অমদা কয় পোৎথাই। য়োংদা য়েংখিবদা য়োং অতু ইহি হিগৎতুনা শিতুনা লয়রম্মি। মতু উবদা কয়না নোকপোই নিংতুনা পাপী হুজিকপু নোকই হাঙ্গীতুনা খুতুমনা শুতুনা য়োংবু পুনবা থাদোক্লুনা লংথোকখ্রে। মতউ অস্থুম তউনা লমহুই মতৈ মনাও মচাশিংগা লোইননা মরোশিংনা মথন্নাই হিংলে। অতুগা লাবৈগী কয় কঙাওননা চৎখিতুনা মফম অমদা লয়খ্রে, মাগী মকোন্দা অমুক লাকত্রে। মতুদগী হউনা কয়না মী উন্ন-রুরগা য়াম্না ইকাই অতুগা লমহুই খোংলগা তাইবংমীনা অনা অয়েক কোকই শা-কয় লয়তে হাঙ্গীনা খংনখ্রে। অসোমদা লাবৈনা উথক্তগী কুম্মক্লুনা মশেনবু মকোক্তা ইশিং চাইবিতুনা জ্ঞান লাক্লে। অতুগা লাবৈনা মাদি কয় ফাবা ঙম্মি হাইতুনা য়ারি লিরে। মন্ত্র হৈবরা হাঙ্গীনা হংবদা লাবৈনা হয় হাঙ্গীতুনা খুম্মে। মতৌ অস্থুম তউনা মশেন

মবাই ময়ুমদা হল্লকলে। লাবৈস্মু মতু পুতুনা ময়ুমদা হল্লক্লে। মতুংদদি লাবৈ ফাবা ভহ্না ওঝা হাঙ্গৈতুনা লৈপাক ফাওরে। অবস্থা মী অম ব্লোইদুনা নাপেৎকি থবক্ ভউদ্রে। রমনস্মু পুথাওদা লয়বদগী লাইরেনগী মাইবা অফাওবা অমা ব্লোইদুনা মতাও অনিমক মাইবা অফাওবা ব্লোইদুনা য়াম্না নুংঙাইনা পানখ্রে। মতম অসিদা ব্লারি লোইরে হাঙ্গৈতুনা পাথং নিংথৌদা খুরম্মি। অকাব মচাশিংনা খিত্তদা সোইদা হাঙ্গৈতুনা হেক থনবমক্তদা পুংস্মু তারে। মহারাজনা লাল্লুপ-চিংবা! নিপামচা অসিনা ঐগী ইচাগী মব্বা ব্লোইবা তারেদনা হাঙ্গৈবদা, লাল্লুপচিংবনা অজ্ঞা ননাইদা তাগদমাল্লে হাইনা চরন্দা হঙ্গংলি। অদু ব্লোইরবদি মাগী লয়ফম মরিমথোংনচিংবা হংহৌ অদুগা হয়েং অয়ুক পুং ৯ তাবদা কোন্নুংদা লাউ হাঙ্গৈয়ু হাইনা তাকপিরম্মগা শ্রীযুৎ চেপখ্রে। অকাবা লাল্লুপচিংবনা অয়ুক পুং ৯ তাবা কান্দা সঙ্গাই সংবা লোইশংদা লাকচৌ হৌজিক চৎচরো হাঙ্গৈনা তাকপিরে। পাথং মহারাজদা দণ্ডবৎ তৌনা খুরমলম্লগা চৎখ্রে। লাল্লুপচিংবগী য়াথং মতুং ইন্না শঙ্গাই শংবা মচা অমনা থিনদোকপিরকই. ভরাংগা নহানগগুম্না কোন্নুংগী সনথোং ব্লাংবা লাল্লগা মিভয় নিংথৌ মচানা মানা নীতীগী চৎলিবা লম্বি কোন্নুংগী লৈপন ময়াদা রাস মণ্ডলগী চিংথোং পাংনা লাকই।

ভসিদি শক্তিবুগী থাশিনি; কুম থর নউদুনা শক্তিবুগী থাশি নুমিৎকি নুংথিলদা অকম্ব কুমগী নোং তাখ্রে। অহিং অসি নোংদি তাদে হাইববু নোং ওন্থোক্লা য়াম্না মংখ্রে; মিকুপ খুদিংদা নোং তাবা য়ানা লয়: মরক মরক্তা নোং কন্না কন্না থোংই অদুগা মাগী হৌনবী নোংথাংস্মু কুপ্রি। অসিগুম্বা মতম অসিদা মিশি মিনা নংবা মী, নত্রগা তঙাইফদবা মী নত্তনা কনা অমতা মপান থোকনদ্রে। অদুগী মথক্তা

অহিংস্থ মতম থেংজিল্লকলে অহুনা নিংথৌ মচা তন্দনগী মঙালগা মকুগী মথোলগা নত্তনা জীবগী মশক উথিদ্রে অমস্থং মথোল তাথিদ্রে। ন্থংশিৎ চপ লেপ্পি ; মসিমতদি মিতয় নিংথৌ মচাগী মরাইবক ফৈ। ন্থংথিন নোং চুথিবগী মরক মরক্তা লৈথোমস্থ থেংনৈ, লৈনাং কাপখং-লকুনা ফুরিৎ ফাওবা লৈথোম তৈরে। খুৎলাইগী মরক্তা চৈস্থ ফাওবা য়াওদে। কোন্নুং কাবনি হাইদুনা খোংউপ তোংদে ; তোংঙম্বা থোক্লবস্থ নম্বো পোবা তারমগনি। মতম অসিদা কোন্নুংগী তানয়ৈ শংদগী থোংশং সন্ত্রি নোংয়াই য়উরে হাঙ্গবা মীগী মথোন অমতংদি তাই। নিংথৌ মচাগী মরৈবাকস্থ নত্তে, অহুগী মথক্তা মহৌশানা থংবা লমস্থ নত্তে। কদম চনিরোম চৎলগা উ অপুংবা অমদগী মকু থোংলমই, নিংথৌমচা অহিং চৎপদা কিব হৌনবা পুন্নমক লোইনা কিরে। মহৌ-শানা অহিং চৎপদা কিগন্দবা, নিপা নত্তে নিংথৌমচাশি। শেকপিনা চিঞ্জাক মুন্নবদা খোংলকপা মথোন্না অকিবা থরদং ফবগুম তউই। মম্বনা মপং থেংনরবা মতম অহুদা অমম্ব মতুম অম চেকপন সয়াদা লেপ্প উই। পাখং কিবনা হাইনিঙাই লয়তরে। পাখং চত্রে, লেপ্পুনা ঙহাক লয়, মতম অহুদা নোংথাং অম কুপলকই, মহুদা মীগী মূর্ত্তি ফিমু অচউবা অম ইম্বা অম উরে। মতম অহুদা পাখংনা লাইতম্নবা হাঙ্গবা অহু য়োইবা তারে হাঙ্গনা থন্দুনা ওঁ নরশিং শিংখলা যায় নরকেশ রিং বিং স্বাহা হায়না শোনহুনা কামই, তৌইগুম্বস্থং অমুবা মূর্ত্তি অহু লেংদে। অহুগী তুংদা হরিনাম শোন্দুনা য়েংই লাইদি নতবনিনা লেংদ্রে। পাখং তম্ফনিংঙাই গতি লৈত্রে, থল্লকই, লাই তম্নবগী লাইমু থোক্লবদি লাইঙৌ থোকপা হৌনৈ হাঙ্গনৈ অহুগা লাইমুগা লাইঙউগা থোক্লবদি লাইঙউগী মনাক্তা চংউ হাই ; লাইঙউ থোকপ্রা হাঙ্গহুনা

কোইয়েং য়েংই উত্রে। গতি লৈরকত্রহ্নুনা পাখংনা খল্লকই, হাই ঐ মিতয় ক্ষেত্রি অশেংবনি লাই য়োইগে য়োইয়ু তিন য়োইগে য়োইয়ু মাই ওন্দুনদি শিররোই, পাঙ্গল থেক্লহুনা শিরগে হাঙ্গনা লেপ্লহুনা মপাঙ্গল হাপ্লবা ওঁ রাম রাম হনুমান বল্লভা বল্লভি হনুমান হাঙ্গহুনা হনুমান বিজ মন্ত্র শোন্দুনা মশা পুন্নমক নাম্ব্রগা লাইমুহু কোন্দুনা নম্নরগে হাঙ্গনা লেপ্লে। অহুগী তুংদা য়সিমস্তু খল্লি মিতয় ঐথোইদি মসাদা তাকতনা ফুজিনবদি হৌনদে হাঙ্গহুনা লাওবকই, "হাই নহাক কনানো ঐ মিতয় নিংথৌ মচা রুপবান হাইব অহু ঐনি নংগী পরিচয় অশেংব তাকউ নত্রবদি ঐগী খুতুম অসিনা থাহুনা নথরাই লৌবা তারে।" মহু তাবদা মোহিণীনা মিতয় নিংথৌমচা শোইদ্রে হাঙ্গবা থংডহুনা ইবুঙো ইচেনি, হায়হুনা খুম্লকই। নুমিৎ হুমনি রারি তম্বিহুনা খোনদি মুন্না থংডবনিনা, করি তউরিবনো অস্তুক মমলবা অমস্তুং অস্তুক পেংডবা অসিদা, মফম অসিদা, ইবেম্মদি। ইবুংোবু ভাইরিবনি হাঙ্গনা খুমই। অহুদি অশাইনা কউরকপদি করি তউই। ইবুঙোদি ঐবু অশাইনা করিগী কউদে। ঐদি উদি উদে হাইনা পাখংনা খুমখি। ঐস্তু উদে উরবস্তু মি অতৈ য়োইরমগদবোই নিংহুনা কউদবনি, রা মথা তাম্নু লেংলকউ লাও ইচেগী তুং ইল্লকউ হাঙ্গরগা মাং থাহুনা চংলি। রা মথা তাম্নু হাঙ্গবা অহুনা থোইনা মথা তাদে। তুমিন্না ইল্লকই।

মফম অসিদা পাঠকশিংনা হংগদবা রা অম লৈ; মিতয় নিংথৌমচানা অস্তুক থেংডবা অসিদা মথন্তা চংলিবা করিগীনো। মাদি নিংথৌ মচানি; মনাই মশন অম লোইনবা য়াত্রা। মহুগী মরমদি অসিনি মহাক মনাই অনিদংদগা চিংথোংদা লয় তা-চাইনহুনা নত্রগা লক্ষ ককতুনা নুপী লৌগনি হাইরশদি ইকাইরোইদবনি; রারি লিহুনা

মুপী লৌনি হাইবসিদা ইকাইডুনা মনাই ফাওবদা মহাক ৱা অসি তাকতে। মুমিদাং ফৌজদগী লাক্লগা চাক চথোম অম চারগা ঐ কোইরুগে হাঙ্গিডুনা মথক্তা হেকতা থোবকই। মরম অদুনা মানা অবস্থা অসি ৱোইবিবনি।

থর চৎলগা মোহিণীনা তোঙ্গী থোং হাংউ হাইডুনা মুপী থোংগী হুরানবা থোংঙাকপদা হাঙ্গবকই। চেকপন মমুংদগী ইচে মুহিণীরা হাঙ্গিডুনা হংঙকই ; মানি হাঙ্গিডুনা খুম্বদা থোং হাংঙ্গে। মদু তাবদা পাখংনা মুপী মউ অদুগী মমিং মোহিণী কৌই হাইবা খংলে। হাংইবা থোং অদুদা মোহিণীগা রূপবানগা চংঙকলে। থোং অমুক কন্না লোল-হৌরি। মফম অদুস্ত অদুম্মক মমই। মোহিণীনা হা ইবুংঙো ননাই-শিংগী মচিন্দগীদি তারে, মঙ্গল ৱোইবে হাইববু চুম্ব্রা। রূপবান্না চুমই হাঙ্গিডুনা খুমই। থোংকাপ নিফুমকম চৎলগা থোং অম লয়রম্মি, মতুমা লানশিল্লক্লগা জাতিমাই মচা অমতং মুৎলি মুৎলি তউডুনা থাল্লম্মি। কা অম লানশিল্লগা শিক অম থাল্লম্মি। মথংগী কা অম অমুক লানশিল্লগা শিক থব চাওবা অম থাল্লম্মি। মথংগী কা অম অমুক লাল্লগা দেওয়ানগিড়ি মচা অম থাল্লম্মি। মদুগী মথংদা রেশম অমুবগী পবদা অথাবা অম য়াল্লম্মি। মদু হাইদোক্লনা হেক চংখিবদা কালিজানা ইথুং থুংনা থাবা কা চাওবপ তৌবা অম লৈবম্মি ; কা অসিগী ময়াইদা দেওয়ানগিড়ি চাম নিপান লোংবা অম থাল্লম্মি, চিথেক মরিমক্তা শিক অচউবা মরি থাল্লি। কা অদু থুংনা অঙউবা ফিজং থল্লি। ফকলাং অদু ফজ ফজবা লাই থেৎলি। রেশম অঙাংবগী মোনতেক থাবা চৌকি ফজবা অম মমাই মথা ওন্দুনা থাই নোংচুপ লোমদা লমমরুম লাপ্না লিগী চৌকি অম ;

মতুস্ু মথা ওন্না থাই। মোন থাবা চৌকি অতুগী ৱোই ৱোইরপ্পা লাকলগা মিনশেনগী খুনু তো'বা আলমারি অম লৈ মতুগী মনুংদা মখুম ফজখ্রবা লাইরিক্লা কা খুদিংমক্কী থল্লি। কা অসি লোইনা উবা ফংদে। কা অসি অহুম থোক্লা থাইদোক্লগা মথাথংবা শরুক অমদি য়াম্না পাবা কুংখ্রবা য়ুখল অমনা খুমজিন্দুনা থম্মি। মোহিণীগা রুপ-বানগা রেশমগী য়ুখল অতু হাইদোকতুনা হেক চংলকপদা লিগী চৌকি অতু থেংনৈ। মুহিণীনা ইবুঙো অসিদা ফম্মু হাঈতুনা হাঈবদা রুপবান অসি ঙকতক তউহুনা লৈরিবৈঙদা য়ূখল অপাবতু হাইদোকখ্রে তৌই-গুম্বস্ুং কাদি থুংদবা য়ুখল মচা অম লয়রম্মি। য়ুখল অতুগী মখোং শোক্লা পিকতক তৌবা য়াম্না ফজবা ফক অরোনবা মচা অম থারম্মি মতুগী মথক্তা রুমান অচৌবা অমগী মথক্তা ফজনা কুপথুপ থুপ্পা দারি অঙাংবা চেনবা কৈজোম অমগা য়াম্না ফজবা মোজাফুরিং অমগা থম্মি। মতু উবদা রুপবান্না থল্লি ইমুং অসি নিপা অমদি লয়বা তাই। মতুদগী রুপবান চৌকিদা ফম্মে; মোহিণীনা ইবুংঙো ফম্মু হায়রম্মগা রেশম অমুবগী য়ুখল হাইদোক্তুনা থোকখ্রে। মতম অতুমক্তদা অসাইগী য়ুথল মচা অমতু হাইদোকখ্রে। য়ুখল অতুগী মনুংদা ফজখ্রবা কাংথোন অমগী মথক্তা কয়া ৱাংদবা মোমপাক অম থারগা ইস্ত্রি ফজনা চারবা লাংঙরা অমনা চপতিংনা মাইথ থাই। মোনচেপ শাংতক তৌবা অম অনি লোম্নতুনা মোন ৱোইরম্মি; থৈজুপ'কি মৱোং ৱোইনা রেশমগী অরোনবা অম খুয়া ৱোইরপ্পা থম্মি লয়রোং নিংথিবনা থল্লবা কাংথন চৈথোক মরিদা কাংথন মরি থোক্লা ৱাংলপনা পুল্লি। ফমজাও অসিদগী খুতুপ অমরোম লাপ্পা খুদা মচা অম থাই, মাতুস্ু ফমজাওদা তৌরিবা সাজ অতুগা চপ মান্নৈ। মোনদদি ফরাংজি মোন্দা কোঙ্গোন

থিনবা মোনমাই হাপ্প অম থাই। ফৈজুপনা রেশমগী কমপর অরাংবা অম থুপ্তুনা লয়, অতুগা মোন অতুগী মচিন্দা অনি লোম্নবা তাংগা অমগী মথক্তা লৈহাউ অমগা নাগেশ্বর অমগা চন্দন চাইতুনা লয় ; উ থম্বাল অমগা থম্বাল চামনিপান অমগা মোন ময়াদা ফম্মুং ময়াইদা তারি। ইমুং অতু হৈগী মনমস্থ নমই, লয়গী মনমস্থ নমই, থাও মনম মুংশিবগী মনমস্থ নমই, মনম পুম্নমক অসিবু চরোং অভোবগা লৈপাক কোন্দোনগনা মুল্লবা চিংহিগী মনমগা, ফিদা কুইনা চাইতুনা থম্মবা শংবৈত্র অশংবগী মনম্নবু ইনম নমহৎপগুম তউই। ফমজাও অসিগী খুয়া ৱোই রপ্পা ফনেক হঙ্গাম মপান ইস্থ তাবা অম শেংলগা গমছা মপান লোনবা অম লেংবান্দা য়ান্দুনা ফম্মুংদা চাবগুম করিগুম তৌতুনা লৈশাবী অম লেপ্লম্মি ; লৈশাবী অসিগী চন্দন শেংনা উত্রে ছিড়ি মপাকতদি নিংথিনা উরি। ভুম্মুবগী মতাগুম্না য়েংথংবগী সাই অতু নপ্লপ তাই। ৱোইথংবা সাইদা লৈহাও অম য়াল্লি অতুগা য়েং থংবা চুবাদা তথেল্লৈ নাচোম অম চিল্লি ; মশাস্থ তনাপ তনাপতে অতুগা নোইবস্থ নোইথোক্তে হয়াই অমুনবগুম্না তবোপ তবোপ্পা ফজে। রেশমগী খুদোন খোংউপ অম তোংই। মাগী ফজখ্রবা তরু তরুবা মমাই অতুদা উফুন ভৈশিন্দুনা মোংহন্দে। লৈশাবী অসিবু খোংদগী তোন ফাওবা য়েংবদা অসিদা ৱাংলি হাইতুনা হাইনিংঙাই লয়তে। কুচুদি পুলৈ কুচুনা লময়োবনি। পাথংনা ফম্বা মপাতুগা লৈশাবীনা লেপথিবা মপাতুগা অনি অসি চপ চানৈ। অতুনা পাথংনা য়ুথন মচা অতু হেক হাইদোকপদা লয়শাবী অতুদা মিৎফম চপ চানা তাই। কনাগুম্বনা হংবগুম তৌই পাথং লৈশাবী অসি থংত্রা। পাথংনা মোহিনীনা ঐবু ৱাবি তম্বিরিঙৈদা তুমিন্ন লেপ্পা লৈশাবী অতুনিদনা,

ঙসিদী য়াম্না হেন্না ফজখ্রেদা হাঙ্গনা খঙ্গুম তউই, লৈশাবী অহুতদা অসুম পুক্নিং চংবদি য়াবা হৌনদবনিনা খাঙদগী হেন্না য়াংবা পুক্নিংনা পুরকতুনা রুপবানগী মিৎয়েং অহু লৈশাবীগি তুংদা লৈরিবা ফকলাংদা তারে। ফকলাং অহুদি ফকয়েং মিংশেন পরেংনা খারমতুনা রুপবান্না মাগী মমি উরে। মাদি অশাই নুংথিন্দগী থোরক্লুনা অহিং নোংয়াই ফাওবা য়ারি লিরুবগী মশম মনা ইফা ফাই, অহুগা লংফৈদা লৈবগী হৌনবা ফিরোনস্লু ইস্ত্রি নিংথিনা চাদে, অহুগী মথক্তা শৈথোম মরক্তা লাকপগী লেনাং কাপথংলকপনা মমাই ফাওবা হচোং চোংলি। মহুগুম্বা রুপ অহু মিনশেন্দা হেক উবদা রুপবান ইকাইবনা হউগৎ-তুনা চেনগে তউই। য়ুথন মরুমদগী মোহিণী চংলকতুনা মজাইবুংঙোবু হান্থ লৈথোম্না মীগী মশক মাংহনবা ঙম্বপোৎ নত্তে হাঙ্গতুনা ফাহুনা ফমহল্লি। মতম অহুমক্তদা লৈশাবী মচা অম লাক্লুনা তরাপুনবগী মরাক ময়ুং ফবা উবৈরোম হাইরপ শংবা খুদৈ অম পুরক্লুনা অসিনা হোংদোকপিয় হায়না পি। মতম অহুদা য়ুথন অশাংবহু ম্যুক থাখ্রে। লৈশাবি মচা, অমা অমুক লাক্লুনা রুপবানগী ফুরিৎনচিংবা লোথোক-পিরে অহুগী তুংদা থোংহামশেন পুরক্লুনা থোং অনিমক হামলে। লুপাগী অয়েশেন্দা মনম নুংশিবা ইশিং পুরকতুনা হকচাংদি চোৎহন-দনা ইরুবিরে। অহুগী তুংদা থোইদিং থাও মপিনা কোক অহু নম্না তৈবিরগা ইশিংনা মকোক তুম্বিরে। অহুগী তুংদা মরেক থোকতবা মনম নুংশিবা থাওনা চাইবিরগা হান্নগী শমহাৎতু কাইদনা শামুময়াগী শমজেৎনা শম অহু হাৎপিরে। মহুগী তুংদা লয়শাবি মচাশিং অহু লোইনা থোকখ্রে; য়ুথন হাইদোকখ্রে। মোহিণীনা ইবুঙো ফৈজোম অসি থোল্লু হাঙ্গতুনা অসাইগী মপান মচা চনবা ফৈজোম অহু হোংদোক-

হল্লে। মোজাফুরিৎ অহু লিংহল্লে। অহুগী তুংদা লৈশাবী অহুনা মলমল আদিগী ফুরিৎ খুদাং লাওবী অম পিরকই. মোহিণীনা ফুরিৎ ককাস্ন লোইজরম্মিবোইরে হাইনা নোকতুনা লৌরগা রুপবানবু লিংহল্লে। রুপবান লাই নিরুপন তউবা মুমিত্তা বিগ্রহ অহুবু শিংহার তৌবিবা অহু মঙায়রে ; পুমঙক ঙক্তুনা ফমহুনা লয় অহুগী তুংদা রেশম অশংবগী খুদোন খোংউপ অম পুথোরকতুনা তোংহল্লি। অহুদগী মোহিণীনা ইবুঙো অসিদা লেংশিল্লু হাঙ্গহুনা মোন থাবা চৌকি অহুদা ফমহল্লি। অহুদগী লয়শাবী অহুদা ওনশিন্দুনা ইবেম্মনা থোইনা ঙকখ্রে, তউরিবহু করিনো অসিদা থোরকউ হাঙ্গহুনা হাইবদা লৈশাবী থোরক্লে। খুদাগী খুয়া ৱোইরপ্না ফম্মি। অহুদগী রুপবান্দা য়েংলগা ইবুঙো ননাইশিংগী মচিন্দগী শ্রীযুৎ স্না মাংদা মঙ্গল ৱোইরে হাইবদি তারে ইবুঙোগী চিন্দগী অমুক্তা তাখিগে মঙ্গল ৱোইরব্রা। রুপবান্না ইবেম্মগী কৃপাদগী মঙ্গল ৱোইজরে হাঙ্গনা খুম্মি। অহু ৱোইরবদি ইবুঙো ঐন' ৱাশকচথিবগী মতুং ইন্না ইবুঙোনা থৱাই য়াম্না তাই হাইরিবা লৈশাবীসে ইবুঙোদা পিজরবনি. মফম অহু নত্রে অসিদা লেংশিল্লকউ হাঙ্গহুনা উ থম্বালগা থম্বালগা তারিবা মফম অহুদা ফমহল্লম্মগা মোহিণী থোকখ্রে। রুপবান্না স্বর্ণ ময়ীগা ঙহাক তুমিন তুমিন ফম্মিন্নরগা রুপবান্না ৱা হাঙ্গবা হৌরকই।

রুপবান—ইবেম্মা ঙসি তৌরিবা অসিবু করিনো, মংলা ; করিগুম্বা মং ৱোইবা থোক্লবদি মিকপ থোকত্রবদি ফখ্রনিদা।

তম্ফাস্না—মংদগী মিকপ থোকত্রবদি মঙাক্লহুনা শিখ্রে হাঙ্গরোইদ্রা।

রুপ—হাইরবস্নু ফরে, শিরবদি অবস্থা অসিদগীদি লেংঙরোঙ্গদনা।

তম্ফা-- অমুক পোকলরোইদ্রনে ?

রুপ—ঈশ্বরনা কৌরকত্রি ফাওবদি অবস্থা অসিদা লয়বা তারেদনা।

তম্ফা—মণিপুর অসিবু হিন্দু ধর্ম্ম চৎলি হাঙ্গবদাই পাঙনগী প্রভাব য়াম্না কনবরা পরজন্ম লৈতবগুম তৌত্রা ?

রুপ—ঙসি হাঙ্গবা নুমিৎ অসিদগী হেন্না শুংঙাইবা নুমিৎ অম অমুক লাকখিগত্রা ?

তম্ফা—হয়েং নোংঙাল্লগা জীবনগী নুংঙাইবা ব্লোইবা য়াইদনা।

রুপ—করম্না ?

তম্ফা—হয়েংদগী নিংথৌগী মমাক ইবুঙো ব্লোইরনি অদুগা নিংথৌগী মজা ইবেম্মা অমতা পোকপী স্না তম্ফাগী মপুরোইবা ব্লোইরনিদনা !

রুপ—মন্থুনিনে ঐনা ব্লারিবা।

তম্ফা—করম্না।

রুপ—ঐনদি ইবেম্মবু উবা নুমিত্তগী নুংশিবগী অরোইবা অদু ইবেম্মদা হাপচথ্রবনি।

তম্ফা—অদুদি করিগী ব্লারি লিবিরুরিবনো ?

রুপ—চুমখ্রেদা ইবেম্মা। মাদুগী মরম হায়জগে—মোহিণীনা ব্লারিদা মঙ্গল ব্লোইরবদি ইবেম্মবু ফংগনি হায়।

তম্ফা—অদু ব্লোইরবদি নিংথৌমচা অদুবুদি পামদ্রেদো!

রুপ—অদুমক হায়বতাই।

তম্ফা—নিংথৌমচা নুপী অদুনা ঐ মক ব্লোই—ঐমুক ফজরম্নবা নত্রগা ঐঙোন্দগী হেল্লবদি করম তৌনি ?

রুপ - লাইনা নুপীবু পাম্ন মুংশিজবগী হাপ্পিরকপা মচাকতি লৈত্রবনিনা লাইদা মচাক অমুক নিখিবা তারিদনা।

ব্লা অদু তাবদা তম্ফাস্না থব্লাই নুঙাইতে। লু লুকথদুনা শাই

লেং লেং তাত্নুা ডহাক লৈ। ঋা কাইবা তারে হায়দুনা মোহিণী চংলকতুনা হায়—

হয়েংমুক্কী মপোক্কি ঋানি; হন্দক্কি মপোকতা শাবা য়াওদ্রবা পোৎপু নিরগা অমুক পিরকখিগদ্রাও। মুপী মুংশিনবা লৈজবা মচাক পুন্নমক লৈজদ্রে।

তম্ফা—মাতুংসু য়ারগে ইচে, ঋা অমদি হংখিগে। হুজিক ঐডোন্দা প্রেম পুন্নমক লোইনা হাপখ্রবনিনা হয়েং নিংথৌমচা ঋোইরবা লৈশাবী মুংশিদবা তারেদনা!

মোহিণী—তর্কগী ঋা অদো থম্মো ইবেম্মা! সে ইবুঙো, নিংথৌমচা ইবেম্মা মাগী দমক ইবুঙোনা ঋারি লিরুই হায়বদো অসিনেনে। ঋা মফুদেক্তা ঋা মাংহল্লগনো, মতম থেংলে অসি হায়রম্মগা মোহিণী মপান থোকখ্রে।

রূপ—(তম্ফাস্নাগী খুদাং পাইরগা) ইবেম্মা স্নাহন তৌরিবা অসিবু মংলা? মসিনা মং ঋোইরম্বা থোক্লবদি মিকপ থোকত্রবদি ফরনিদা!

তম্ফা—(মোমোন তৌদুনা রূপবান্দা য়েংখৎলগা, মং নত্তেয়ে তাই-বংনে। মং ঋোইরবস্থু মিকপ থোক্লরোইদবনে!

ডহাক লৈরগা মোহিণীনা য়ুখন মরুমদগী য়েংলগা শক্লি:—

মিৎ অনিগী তেন থেংবদা পোকখ্রবনি লৌ

খুৎ অনি পাইনডুনা মুংশি মুংওন ডাংনবসিদা

পোকলেদো ন।

চিন চিনগা চিংথেংনবদা

পোকদবদা মডাইরে বা,

অহুম অসিস্থুরদদা ঋোইরিবনিনে লোনবা।

মোহিণী হন্দোকতুনা ওহাক পুংজা পোৎথারে অহুগা ওহাকস্ত তুম্মুরে। মিকপ থোরকপদা নোংঙানবুং য়েগদবা পুংজা অহুমদা মঙাইরম্মে। অসাইগী ফজবা কা তমফাস্নাগা রুপবানগনা লৈরিবা অহুদা চংঙকই—।

অসাইগী ফমজাও অহুদা রুপবান মমাই মথা ওন্দুনা তুম্মমমি অহুগা মজা ইবেম্মনা শাবীগী থম্বৌ হেরা মানবা পাম্বোমদা মোনথাং-নরগা মমাই অৱাং ওন্দুনা কোংগোন য়াতারম্মি। শেংলিবা ফি অনিমক কোমগোম কোমগোম ইতৌহেক তৌই। শানৌগী নাপ তাবা শমলাং অহু মাইরোমদা হাইথখিবনা মথোন কারকপগী মতিক চানা তঙাং তঙাংবা থজাই অহু মতম অহুদা নিংথিনা উই। নোংঙাল্লমদাইগী ইংলবা মতম অহুদা শানৌগী থজাই অহু হান্নদগী থর হেন্ন ঙাংবগুম তৌই।

মোহিণীনা মুন্না য়েংলগা শোল্লি—হৌদোকশিরা—ফজখ্রেদা —কাইহননিংত্রেদা—তুমজরসন্নুদা—মহারাজনস্তু য়াই হায়খ্রে'না!

ন্নারি অহুম্না তম্ফাস্না—

তুমসন্নু—ফজে !!

---

লোইরবা